# ꯗꯥꯔꯋꯤꯟꯒꯤ ꯊꯤꯑꯣꯔꯤ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯈꯨꯅꯨ ꯆꯕꯨꯟ

# ডারৱিনগী থিওরী অমসুং খুনু চবুন

(খোমজিনবা)

রাজকুমারী দেবঋতা




মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন

ইম্ফাল

**DARWINGEE THEORY AMASUNG KHUNU CHABUN**
A collection of Manipuri Poems
By Rajkumari Devarita
Lourung Purel Leikai, Thangmeiband, Imphal

অহানবা ফোঙবা : মে, ২০১১
লাইবিক ফোঙবা : মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিএসন (মালা), ইম্ফাল-গীদমক নিংথেমচা ওংবী কৃষ্ণকুমারী সিজনা ফোঙজবা।
মখুম : অবিবম রাজীব শর্ম্মা

কোপী মশিং : ১০০০
মমল : ১২৫/-

ISBN 978-81-909699-8-7



---

নম্ফম : কুম্প্যুটর প্রাইড
বাবুপাডা, ইম্ফাল (মণিপুর)-৭৯৫০০১

তাইবঙ খোংদাবকপদা
ঈশ্বরগী মীংলেন তাকপিখিবা
ঐগী অহানবা গুরু
পাবুংদা

# জেনবেল সেক্রেটবীগী ৱাবোল

হৌখিবা চহী ২০১০দগী হৌদুনা মণিপুব লাইব্রেবী এসোসিযেসন (মালা), ইম্ফালগী মেম্ববশিংগী মবক্তগী সাহিত্যদা খুদোলজবা ওইনা শৈবেংগী লাইবিকশিং ফোংনবক্রি। মতম কুইনগী মমাংদগী মালাগী থবক থৌবম কযাদা শকক যাবীবক্লিবী ওঝা বাজকুমাবী দেবঝতাসু ইং ২০০০গী অঙনবা মতমদগী হৌদুনা শৈবেংবী অমা ওইনা লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা কন্না হোৎনবীবকলি। মালাগী অচঙবা লাইফ মেম্বব অমসু ওইবিবী ওঝা দেবঝতাগী ''ডাবৱিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন'' হাযনা মিংথোনবা শৈবেং ৫৩ যাওবা লাইবিক অসি মহাক্কী অহানবা সাহিত্যগী লাইবিকনি। মখল মথেল শুববা তোঙান তোঙানবা খুৎইদা কবিনা শক্তম কযা শাগৎনবা হোৎনবা মহাক্কী শৈবেংশিংদা উবি। মালানা ফোংজবা ২৬সুবা লাইবিক অসি মাযামদা খুৎশিন্নজবি। শৈবেংশিং অসিবু পাবিদুনা অইবী কবি অসিবু অপাবশিংনা মশক তাকপিয়ু। ওঝা দেবঝতাদগীসু অনৌ অনৌবা শৈবেং কযা আশা তৌজবি।

এপ্রিল ১৯, ২০১১ ইং

সি. ঐচ. ইবোহল সিংহ
জেনবেল সেক্রেটবী
মালা, ইম্ফাল



# পুক্লিংদা ফাওবকপা ব্রাহৈ খবদং

বাজকুমাবি দেবঋতাগী অহানবা শৈবেংগী লাইবিক 'ডাববিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন' হাযবসি পাকবগা অনৌবা মণিপুবী শৈবেংগী মশক অমা নিংথিনা উবা ঙমই। অমুক্কা হেন্না নুংঙাযবিবদি মণিপুবী নুপী অইবীশিংগী তোঙান তোঙানবা মাযথোংশিং অসিনি। অনিশুবা লান মমাঙ অমসুং মতুংদা মণিপুবী শৈবেংগী খেন্নবগী মশক কযা থেংনবক্লি। সমাজগী অমসুং পৃথিবীগী হোংলক্লিবা যাওনগা ঈবোইননা মণিপুবী শৈবেংগী শাখপ পোন মনুংদগী পাইথোবক্কুনা হাঙলবা অতিযাদা কোযপায পাইদুনা শান্নবক্লি। ব্রাখলগী নিংতম্বা ফংলকপগা লোযনন শৈবেংগী নিংতম্বসু হেঙ্গৎলক্লি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা বাজকুমাবি দেবঋতাগী অহানবা শৈবেংগী লাইবিক অমা মণিপুবী নুপী অইবীশিংগী পুক্কেদা হাপচিন্নকপা হাযবসি 'কবিনো' হাযবা অমদি লাংতক্লনা যেংফম থোকই।

লাময়া ১০০ খব হেন্না পানবা, পংশাং শাংদবা শৈবেং ৫০ হেন্না যাওবিবা লাইবিক অসি পাকবগা ভোযনা চংলুদবা লম্বা অমা থেংনবদৌনা ফাওই। পুম্নমক ইনৌ নৌই, তশেং তশেংই, অইংবা নুংশিৎনা ইশাদা ফুববদৌনা তৌই। শৈবেংবু পামজকবনা মমাঙদা শৈবেংগী লাইবিক কযা পাখ্রে। ফজবা শৈবেংগী লৈনা অমত্তং থেংনবদা 'মসিনিদনা' হাযনা থম্মোযদা নুংঙাযবা পোকচখি। পুক্লিংদা অতৈ অথিবা কযা উবা ঙমখিদে, ফাওবা ঙমখিদে। মিৎতাঙবা অমদা ফজবগী খেন্নবা কবিনো হাযবসি খঙখিদে। পুম্নমক ইমান মান্নবগুম তৌই, খেন্নফম খঙখিদে। ফিলিং অসিগা লোযনন শৈবেংগী লৈনাশিং মন্দুনা যেংলুবদা খুৎনা শোকত্রিবা ফজবা কযা উবকপগুম তৌই, থেংনবকপগুম খল্লি। মসিগী ব্রাখল অসিগালোযনন দেবঋতাগী অনৌবা শৈবেংশিং অসি পাননবা হোৎনখি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেং খুদিংমক ফজৈ হাযনা লৌবদি ঙমদে। শৈবেংশিং অসি অনৌবা হোংলক্লিবা শৈবেংগী পাদমদা ইবকপনি হাযনসু লৌবা ঙমদে। অদুবু অইবীগী ব্রাখলদা ফাওবকপা ইমোসন অমসুং ফিলিং কযা ফিজেৎ-লৈতেং যাওদনা মশাগী মকে অমদা ইচম-চম্না পুথোবকপগী মশক অমদি নিংথিনা উবা ফংই। মসিগী সিনসবিতি অমসুং ওনেসতি অসি অইবী অমগী যাম্না মকওইবা লননি। লাইবিক অসিগী ফজবা অমসুং মগুণ-লেপ্পা তাববদি মিৎযেং অসিমা হুন্দোকপা চুস্লোই।

হৌজিক্কী মতমদা শৈবে‌ংগী সবজেক্ত অসি নৈনবা যাম্না মক ওই। ওন্নক্লিবা মতমগী যাওন অসিদা শৈবেংগী থিমসু তত্তনা হোংলক্লি। মসিগী যাওন অসিদা অহবা অইবীশিংনা যাওবা ঙমহৌদ্রবদি মতমগা চুন্নদবা ওইবকপগী অকিবা লৈ। মবম অসিনা অইবা-অইবীশিংনা মিৎ পাংথোক্নুনা মাযগৈ খুদিংদা কোযনা যেংবগী দবকাব লাকই। অকোযবদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অসিনা থাঙ্গৎত্নুনা তাবগী তঙাই ফদবা লাকই। মদুতদা মতমগী কবি ওইবা ঙমই। মতমগা চান্নবা ফিজেৎ-চাকচা হোংবসু তঙায ফদে। মসি হায হাযদুনা অনৌবা ফেসন খুদিংমক লৌসি হাযনা হৌদোকপা নত্তে। ইশাগা চানবা হাযবসু খন্দবা যাদে। মতমগী অহোংবা পুবকপগী যাওন অসিদা ঐখোযগী শৈবেংনা কবম্বা ফিজেৎ-লৈতেংগা চান্নবিবগে হাযবসি মুন্না খঙবা মথৌ তাবকই।

লাইবিক অসিদা যাওবিবা দেবঋতাগী শৈবেংশিং অসি হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা থোকলিবা থৌদোক বাথোকশিংদা যুমফম ওইবা অমদি মখোযশিং অসি উকবদা অইবীগী পুক্রিংদা ফাওবকপা ৱিএকসন ফোঙদোকপা ঙাক্তনি। ঙসিগী মণিপুরী সমাজ অসি যাম্না কমপ্লেক্স ওইবে। পৃথিবীদা থোকলিবা থোদোক-ৱাথোক কযাগী চৈথেং মযাম অমা মসিগী কোকথক্তা নল্লবে। অশেংবা অমসুং অচুম্বগী মশক লেপ্পা ঙমলকতবে। ওইদবা অমসুং নমথাক্লা মখোঙ পান্দুনা চৎলবে। ইপা-ইপুশিংনা লুনা-চান্না নান্দুনা থমলম্বা ভেল্যুজ কযা তপ্পা তপ্পা নিখাযবক্রে। ফিভম অসিনা অইবা-অইবীশিংদসু অচৌবা চৈনা পীববি। মসিগী 'চৈনা' অসি ফোঙদোক্নুনা ইবকপা সাহিত্যনা হৌজিক্কী মতমগী সাহিত্যগী মশক লেপলি। স্তাইলদা, ৱাহৈদা, নমুনাদা, মকে শেম্বদা অমগা অমগা খেন্নবদি যাই। অদুবু মতমসিগী পুন্সি উৎপা হাযবসিনা হৌজিক্কী সাহিত্যগী অচুম্বা ওইবক্লি। মসিগী অচুম্বগী শকক খবদং অইবীনা মহাক্কী ইচম-চম্বা স্তাইল অমসুং ৱাহৈদা অপাবশিংগী মফমদা পীননবা হোৎনবি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংশিং অসি শৈবেংগী কাঙলোন অমসুং পান্দম পুথোক্নুনা কুপ্পা নৈনবা ওইথোক্তে। অইবীনা মহাক্কী থম্মোযদা ফাওবকপা চৈথেং খব থম্মোয শেংনা তনিক তনিক্লা কবিদা শোযখিগনি হাযবগী মতাগুম মযামগী মাঙদা পুথোক্নুনা থেল্লবনি - অইবীগী সিনসবিতি অসিদি থাগৎফম থোকই। লমদমসিগী ওইবক্লিবা মশক অমা পীবদুনা অইবীনা ইবি .

কীন্থবক্রে
মংলম্বা নোংগী মপৈ
চুথবক্রে কুমগী নোংনৌ
মাযকৈ শলাই খঙদনা

অতৎ-অথম লৈতনা
ঈখেংগী নোং
ঈখেংগী নোং

(কুমগী নোংনৌ)

একসপবিএন্স অসি লমদমসিগী অপাবা খুদিংমক্তা ফাওবি। অইবীনা থাজবি, নোং ঙানখিদবা অহিং কৈদৌঙৈদসু লৈবা যাবোই। নোংমা নত্রগা নোংমদি অমম্বগী ফিজং হাযদোকখিদুনা অযুক্কী তবং তবংবা মাযথোংদু উবখিগনি, ঈখেংনা চোৎলবা লৈমাযসিদগী তনৌ তনৌবা যেন্নিংথাগী ফজবা লাকখিগনি, ওইদবা অমসুং নমথাক্লা খুদুম চন্নিবা লমদমসিদগী অচুম্বগী মোমোন মোমোন তৌবা মাযথোং উবকখিগনি। অহোংবগী চমম্লবা মবকসিদা অইবীনা চেৎনা থমজবিবা থাজবনি। পুন্সিবু কাগী ওইনা শানবিবা লমদমসিদা অইবীনা মঙজবিবা মঙলাননি।

[illegible] থাওল [illegible]
[illegible] ওতবা [illegible]
[illegible] ওইনা [illegible]
মমিং মমায পাঙনবা
ঈংনা চীক্রবু প্যান্নবা
অকনবা যাওল নোংলৈনা
ওলহনখ্রসনু শাযোকশঙ
অচুম্বগী পোক্রফম
নুংশিবগী হৌবকফম
ফজবগী তুংনফম।

(শাযোকশঙ)

লমদমসিগী হোংলকক্রিবা ফিভমদা অইবীনা ফোঙদোবকপা বাখলনি। ফজবা, অচুম্বা অমসুং নুংশিবগী যাকাবুং ওইবন্নিবা লমদমসিগী ওন্নক্রিবা শক্তমদা ইবকপা শৈবেংগী লৈনাশিংনি। অদুবু আশা অমসুং মঙদি মাঙখিদ্রি। শান্তিগী ঈখৌলাংবদি কোক্রী। মঙলান অসি অইবীনা মথংগী লাইবিকশিংদা শোযদনা মঙফাওনবা ওইসনু।

লোংজম জযচন্দ্র

# পোইটিক অস্পেক্ট অমদি অইবীগী পাউজেল

## ৱাহৌ :

'Metaphysics' as 'a science which lifting itself above the changeable nature of things, considers of such as subsists in their own essence, not subject to any alternation, dealing only with universals abstracting from individuals, school of divinity is the highest part of it, consisting chiefly in Contemplative Knowledge of God, Angels, Souls of Man, & C

Thomas Bleunt, Glossographia in The Metaphycal poets, (1967) by George Williamson & et at The Camelot Press Ltd Southampton London reprinted 1977 p 28

মণিপুরী সাহিত্যদা লমযানবী অহুম, খোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬), এম কে বিনোদিনী (১৯২২-২০১১) অমদি খাইদেম প্রমোদিনী (১৯২৪-২০০৬)না লৈখিদবদা অচৌবা অহাংবা অমা লাকখি। মখোযগী মফম মেনশিনবীনবা অইবী তাংনা লৈখি। ডা যামিনী (১৯৩৬), যেংখোম ইন্দিরা (১৯৪২), সঞ্জেনবম ভানুমতি (১৯৪৮), খ্বাইবাকপম আনন্দীনি (১৯৫২) নচিংবদা সাহিত্যদা অচৌবা (মাইপুনবা) থৌদাঙ লৌবক্লবসু যৌশিনবদি ঙমখিদে। ২১শুবা চহীচা অসিগী অহানবা দিকেদ লোইখিদুনা অনীশুবা দিকেদ চংশিল্লক্লবা - যাম্না ক্রিটিকেল্ ওইবক্লবা মতমসিদা সাহিত্যগী থৌদাঙদি লেপ্পা লৈত্রি। অইবী কযা চোংথোবক্লি কযা অমসু চোংথোবক্কদবগী শেম শানবি। পুক্নৈ থন্না লৈববা মণিপুরী শৈরেংগী কলা অসিদা অরাৎপা হাযবদু লৈবক্তবে। সাহিত্যগী লৈবাংনা লৈচল শুনা লৈতেংলবী সাহিত্য লাইবম্বীগী থৌগলদা নৌনা শকক যাবক্লিবী বাজকুমাবী দেবঋতা (থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল ১৯৫৮)গী মমিংসু নৌহৌননা নীংশিংবা যাবক্লে। বাংলা অমদি সংস্কৃত সাহিত্য নীংথিনা শকখংলবী অইবী অসিগী অহানবা ফোঙবা শৈরেংগী এন্থোলোজি, ডাবৱিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন্ (২০১১) - মণিপুবী শৈরেংদা চাংযেং তৌবিবা কৃযেটিভ আর্ট অমনি। শকলোন যাম্বা, মল্টি-ফেসেট ওইবা থিম অমদি ইজম্দা শাগৎপা অইবীগী কলাগী পোৎনি।পার্সোনেল এক্সপরিযেন্সদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক কযা, নাকোঙনা তাশিন্না ৱাবী শীংবুল কযা, বাংলা

অমদি ইংবেজি সাহিত্যনা পীবকপা ঈখিল কযা, মীবমদা চহী কযা (মকওইনা অসামগী কাছাব জিলা) মহে তম্রুবা, যুম ওইনা লৈকৰদগী যংলকপা পুসিগী মহাও (অৱাবা নুংঙাইবা কযা) অমদি ওঝাগী শিনদমদা লৈকবদগী যংলকপা লৌশিং-জ্ঞানগা লোয়নবা সাহিত্য সংস্থানশিংদা যাওকৰদগী ওইহল্লকপা ইনিংবগী থৌনা-নচিংবা অসিনা অইবীগী সাহিত্যগী লম্বী ওইবি, শৈবেংগী মশক ওইবি। ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪)না মাগী শৈবেং, 'অহিংগী চেক্লা তাম্না'দা ইখিবা বাবোই পনেং 'One is not made but born a poet' হাযবদু নীংশিংদবা ঙমদে।

ডাববিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন্ (২০১১)

বাজকুমাবী দেবঋতাগী অহানবা ফোঙবা শৈবেংগী এন্থোলোজি অমনি। মসিদা শৈবেং ৫৩ যাওবি। অইবীনা মার্চ ৭, ২০০০দগী ডিসেম্বব ১২, ২০১০ ফাওবদা ইখিবা দিকেদ অমগী মনুংদা শাগৎখিবা কলাগী পোথোক্নি। মসিদা অইবীগী তোঙান তোঙানবা হীবমদ' ইলা শৈবেংগী কলানা মপুং ওইবি। সমাজবু লক্রুবা, কবেম্নবা, নোক্রুবা - Ironical wit অমগা লোযনবা মশক্লা মপুং ওইবি। মণিপুবী সাহিত্যদা ড্রামাদা জি সি তোংব্রা (১৯১৩-১৯৯৬), শৈবেংদা কবিবত্ন লাইশ্রম সমবেন্দ্র (১৯২৫) বাবীমচাদা সাহিত্যবত্ন ডা. এলাংবম দীনমনি (১৯৪০) নচিংবা লৈখ্রে। ইংবেজি সাহিত্যদা John Dryden (1961-1700) Jonathan Swift (1667-1745), Alexander Pope (1688-1744) নচিংবা লৈখ্রে। দেবঋতাগী শৈবেংদা morderm consciousness ওই। ঙবাং-ঙসিগী থৌদোক্তা নৎত্রগা সমাজিক মিল্যদা শাগৎলি। ঙসি মণিপুবদা ফম্লাইবা ব্যুবোক্রেৎশিংনা (এমএলএ/মন্ত্রি/ফম্লাইবা) মীটিং তৌবগা লৈবাক্কী অফবা পুবক্রুবা হোৎনবি। অদুবু প্রজা মীযামগী অনিংবগী মাযোক্তা মীটিংগী ৱাবেপ (বিজোলু ন) ওইবি। অইবীনা 'মীটিং-মীটিং' হাযবা শৈবেংদা অসুম্না ফোঙদোক্নি:

মীটিং - মীটিং - মীটিং ...
অচৌ-অশাং, অখণ্ড অহে
ৱাতানবি পুল্লপ-পুল্লপ। ...
ঙবাংগী মীটিং বিজোলুসন ...
শিখ্রবা মীওই কযাসু
হিঙ্গত্নুনা লৈবম্রে
মীওই কযা অমনা
চঙনা চঙনা শীবমলে। (লা ৫৩/৫৪)

অইবীগী 'চোইনোল' হায়বা শৈরেং... ...tirical view অমা উবা ফংই। মসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী কবি শাবা কয়া অ... খাবকপা কবি... ...ভাদি নৈতবা শৈরেংগী মশক খণ্ডবা, ব্রাবীবা বাবেংলা হায়বা ঙমদবা অদু... শৈরেংগী ফোর্মদা হেক্তা ইবগা শৈরেং ওইগনি শৈরেং ইবনি, কবি ওইবি হায়না লৌবা অইবা/বীশিংবু নোক্লবনি। মসিগা লোয়ননা ঙসিগী স্কুল, কলেজ, বিশ্ববিদ্যালয়দা ওঝা ওইবিবা/বী কয়ানা ওঝাগী ইথিক্স খণ্ডবা, মতম লেপ্লগা লোযবে, তলব কাযদ্রগা লোযবে, ঐগী ঐগী শোযদ্রগা লোযবে হায়না খন্নবকপা - মসিদগী ক্বালিটি এদুকেসন পুবকপা ঙমদবা - বি এ, এম এ, পিএইচডি কযা থবক ফংদবগী সমস্যাদা মাযোক্লবকপা —থন্দবা চফুনা মখোল থোবকপদগী ওইবকপা শিক্ষাগী মশক অদু উৎনবা লাক্লে। অইবীনা হাযবি.

মখোয পুম্নমক ইবি ...
শৈরেং ইবি। ...
কবি নত্তে
অদুবু কনিদি ওইবি।
ওঝা ওইবিবা পুম্নমক
লাইবিক তাক্লি ...
লাইবিক তাক্লিবা থম্মোয পুম্বদি
ওঝা নত্তে, ওঝা নত্তে
অদুবু ওঝাদি ওইবি। (লা. ১২৩)

অইবীগী শৈরেংগী মকওইবা হীবম অমনা রহস্যবাদ (mysticism) দা শাগৎপা মশক অসিনি। মসি মণিপুরী শৈরেংদদি কবিরত্ন হবাইবম নবদ্বীপ চন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬), সাহিত্যরত্ন বাজকুমাব শীতলজিৎ (১৯১৩-২০০৮), কবিরত্ন শীজগুকময়ুম নীলবীব শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) নচিংবগী শৈরেংশিংদা মপুং ওইনা মমি তাখি। অইবীনা অমুক মপুং ফাহনবদনি জীবাত্মাগা পবমাত্মাগা তিন্নদুনা অমত্তা ওইখিবগা লোয়নবা পুন্সিগী দর্শনগী মশক্কা মুর্তি ওইনা শাগৎপনি। আশাগী ব্রা যাওবি। ইন্দ্রিয মণ্ডাগী অপাম্বা মাযাদগী লাপ্না নৈনবা হোৎনবি। পুন্সিদি অবোযবা নাই, কৈদৌঙৈদসু অমব ওইদে। হৈপাল লৈপাল্না কেনবা নাইবগুম, মীওইবগী পুন্সিনা পোকপা শিবগী চক্রদা উংদুনা লৈ। কনাগী নিংথৌ, কনাগী চাক্লিবা, কনাগী ফম্নাইবা মন্ত্রি ওফিসাবশিং পোলোযদি মাম্লে। তাইবঙগী লৈশাদা তিনখিগদবা ঙাক্তনি। অমব ওইবিবদি আত্মা থক্তনি। মীৎযেং অসিদা অইবীগী 'লেংদ্রবা

মঙাল', 'শঙজিনখ্রবা মচুলক্ত', 'মশক অমসুং মমি', 'অবি-অনৌ', 'লীক্লাগী পন্থুং' অমদি 'পুন্সি' নচিংবনি।

'মশক অমসুং মমি' হাযবা শৈবেংসিদা অইবীনা ফোংদোক্লি:

থম্মোয মিংশেলদা
তাবি মমি
মশক অমগী ।...
মমি পবেং পবেং
তাংকক নাইনা পন্দুপ খাযনা ...
খুৎশেম হৈবা মাগী খুৎশেম্না .... (লা.৮০)

'পুন্সি' হাযবা শৈবেংদনা অইবীনা পুন্সিগী ব্রাহন্দোকপু পোকপা শিবগী লীলানি হাযনা লৌবি।

পুন্সিবু মশক খঙলকপদা
লৈবমলে পুন্সি মাদি
খোঙচৎকী অবোইবা হিদেন ...
পুন্সিগী শকলোন অমা। (লা. ১০৮)

ঈশ্বরগী খুৎশেমদা লেংলি পাম্লিবা জীব খুদিংমক অসি অমুক পোক্কনি, অমুক শিগনি, শিবা মতুংদগীসু অমুক হন্না পোক্লক্কনি। হৈপাল লৈপাল পুম্নসু যেন্নিংথাদা অনৌবা যেন্নিং চোংগনি, নাকেন্থাদা অমুক কেনগনি, যেংন্নিংথানা অমুক লাকপদা অনৌবা আশাগা লোযনবা হবাও মোমোন নোকচগনি। হিন্দুগী দর্শন শাস্ত্রনা, (উপনিষদতা) - সু মীওইবনা অমুক শিকববা মতুংদা পোকপা অমুব নাই। আত্মাদি শীবা নাইদে মীৎযেং অসি হৈপাল-লৈপালদসু উবা ফংলি। খুদম

অনৌবনা হংই অবিবদা
কযাম কুইনা লৈখিনি তাইবঙসিদা?
মখোক লোযববা অবিবনা ...
অবিবনা পেনবদি
মতমগী নোংলৈনা কেনবনি,
অবিবা ঐনা কেনখ্রগা
অনৌবা নঙসু ওইবগনি

ঐগুম্না অবিবা
হযেংগী ...
ঐগী পোমশাৎনবমগনি তনৌ তনৌ
হযেংগী অনৌবা ওইনা। (লা. ৮১)

মখা চখবকপদা উবা অইবীগী মীৎযেংদি - Modern Consciousness গী মশক অসিনি।মশিদা ভবাং ভসিগী সমাজগী মশক, egoism, national integration শাগৎনবা পান্দম, আইন অমদি অধিকাব (হক) লৈবক্তবগী মতাং, সভ্যতানা (অমদি সাইন্স অমদি টেক্নোলোজিনা) পীবকপা চৈথেঙ, অবিববু হন্দোক্লগা অনৌবা পাম্না লৌনবকপগী মওঙ অমদি আশাদগী নিবাশা ওইবকপা পুসি খোঙচৎ-নচিংবগী পাউদম পীনবা লাক্লবি। মসিদা অইবীগী শীংনবা যাওদে। চম্না ফোঙদোকপা অমদি মীযামদা জ্ঞান তাহন্নবা পাউজেলনা মপুং ওইবি। কবিবত্ন শ্রী বীবেন (১৯৪৪) গুম্না শাউদে, চৈদে, পেন্দবা ফোঙদোক্তে ইবোপিশক (১৯৪৮) কুম্না হাযনিংবদু হাযবা নত্তে। কবিবত্ন সমবেন্দ্র (১৯২৫) গুম্না আইবোনিকেল ভিযু অমদা বা ভাংবসু নত্তে। সাহিত্যবত্ন নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০) গুম্না প্রমান পাম্লেনা নৎত্রগা ইমেজবীনা ফোঙদোকপসু নত্তে। থম্মোযনুংদগী থোবকপা অশেংবা যাব্রা অদুম্মক অইবীনা ফোঙদোকতুনা শৈবেংগী কলা অমা ওইনা শাগৎলি।

সভ্যতানা পীবকপা চৈথেংনা মীওইবগী পুন্সিদা ওইহল্লকপা মশক অদু উৎপগী মতাংদা -

সভ্যতাগী খোঙজেলনা ..
শিৎলক্লে হম্লক্লে মৈগী নুংশিৎ,
ও' চাকথেক্লি কাথেক্লি
মালেম, মফম ...।
ভৈববীগী শক্তম লৌ ...
মাঙলি তাক্লি যোৎলি
তাইবঙ জীব কযাগী থব্রায।
সভ্যতাগী খোঙ.......', (লা. ৪৫/৪৮)

'ঐ' মঙাইবে হাযনা নাপল তৌবা, egoism, গী মশক যেকপদনা-

হৌজিক্তি
চাক্লে মীওইবা নাপলগী মৈবিনুংদা, ...

হিদানবি 'ঐ' গী নাপল অমগা অমগা
মহু কল্লবা 'ঐ'গী মযাইনা
থমখ্রে চেৎনা কোনশিন্দুনা
ফাজিনখ্রে পুনশিনখ্রে
কাওহন্দুনা হৌবকফম অচুম-অৱানগী। 'ঐ' লা. ৫০/৫১

'খল্লুদে নোংমতসু' হাযবা শৈরেংদসু egoismগী মশক অসি উবা ফংই। মণিপুরী শৈরেংদা 'ঐ মঙাইবে ঐনা মহেল্লে, ঐ মথোইবে, পুমহেন্নি' হাযবা নাপলগী মশক্তা শাগৎপা egoism গী খুৎই অসি অনৌবনি, চাংযেংনি, অহানবা খুদোলনি মণিপুরী শৈরেংদা অইবীনা নৌনা পুথোবকপা অসিনা ৱাত্তুনা লৈরিবা খুৎই অমগী মফম মেনশিল্লপনি হাযনা লৌদবা ঙমদে। ঙসি ফাওবদা সাহিত্যরত্ন, কবিরত্ন, কাব্যভুষন অমদি শৈরেং ইবা/বী অমত্তনা খুৎই অসিদা শকক যাবকপা লৈখিদ্রি।

ঙরাং ঙসিগী ৱাথোক থৌদোকশিংদা যুম্ফম ওইবা সোসিযেল মিল্যুগী মমি তাবা, মণিপুরগী মকওইনা মৈতৈগী কলচরেল পর্সপেক্তিব অমগী মমিসু তাবা-মশক্তা অইবীগী 'স্লোগান', 'প্রলযগী মৈবীলক্তা', 'লমওন্থোক্নী বাবা', 'শাযোকশঙ', 'হক মুনখ্রবদি', 'কাঙখোঙসে হল্লৱা', 'মিতম', 'খঙজদ্রিবা' অমদি 'আইন' - নচিংবা শৈরেংশিং যাওরি। শৈরেং পুম্নমক্তা অইবীগী পার্সোনেল ইমেজ অমা উৎপগা লোযননা পুক্নিংগী ৱাসু হাযবি। যাম্না কৃটিকেল এনালাইসিস লোমদা চংশিল্লকই, ফিভম্না, মতম্না, পুন্সি মহিংনা, সমাজগী চৎন-লিচৎনা, অঙম্বশিংগী শাফুনা ওইহল্লকপা শৈরেংগী হিরমনি। 'আইন' হাযবা শৈরেংদা অইবীনা আইন থুগাইবশিংগা অচুম-অৱান বিচার তৌবিগদবা বীচারপতিগা অমদি আইন শেম্লিবা লেজিসলেচর কাঙবুগা লৈনবিবা মবীদা নকশিন্নবা যাবা যাদবা অনৌবা আইনগী শকলোন অমা যেকলি।

তমথিববা মীহাৎতা
মী হাৎলুববা
মীহাৎপদো ...
আইনগী থোঙজিন্দা
চঙজফম নীবি ...
আইন থুগাইবশিংবু
মৱাল কোকপীবা...

অনৌবা আইন।...
অবোইবা ব্রায়েল পীবিগদৌবিবা
তাইবঙ মপু মহাক্তি
নোকনিংলমগনি .... (লা ১০২/১০৩)

ইং ২০০৯দা থোকখিবা ইম্ফালগী খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী মীহাৎ, ট্রেজিক ইন্সিদেন্সগী মতাংদা অইবীগী আই উইটনেসগী পাউদম - পীক্রিবা মচাদুনা নোংমৈ গুলিনা পানদুনা অশিবগী খায়াত্তা তাববী মমাগী খোম্রাং থক্রি - মচাদুনদি শীখ্রে হায়বা খঙদদুনা। মসিদা নুপী ওইবী কনানা খাঙবা ঙমগনি। থোবকই মখোয়গী চৈনাখোল অইবীগী থম্মোয়দগী। কৈথেলদা হিংনবগীদমক্তা য়েনশাং নাপী য়োঙ্গবিবী মৌনহা অমনা খাঙ্গুথক্তা পুন্সি লোমগ্রবদা কনানা তেংথাবিগনি ?

মমাবু চেংনা কোনশিঙ্গ
চিংলি খোম্রাং কন্না কন্না অদুম্মক
অশিবা মমাদৈ, ...
নৌজরিবা মহাক্লা চোংথোরকই ...
'ঐদি শিবিদে, ঐদি শিবিদে।' - 'খঙজদ্রিবা', লা. ৯৬

'মিতম' হায়বা শৈরেংদনা ঙসিগী খোয়শাওনরবা প্রজাশিংনা মরাল লৈরবা ওফিসার নৎত্রগা মন্ত্রিশিংগী ইফিজি শারদুনা পেন্দবগী খোল্লাওগা লোয়ননা মৈ থাবগী কলচর অমা মণিপুরদা চৎনরক্রি। মসিদা শোক্রিবদি - প্রজাশিংতনি অঙম্বা অদুদদি করিসু মাংহন-তাকহনবা ঙমদে। মনানা ফাওবদা তাবিবা নত্তে। অঙম্বগী শক্তিবু চিংথবা ঙম্বসু নত্তে। মদুনা অইবীনা হায়রি:

মৈ থারি ...
নঙবু, শার শারদুনা নঙগী
মিতম ...
চাকখিদে নঙদি,
নঙগী অঙম্বা নঙগী শক্তি ...
চাকখ্রিবদি ...
লাইরবা চাম্মগী ফিজোলশিংদুনি, ...
থম্মোয়গী মরীদুনি, ...
থাজবগী মুম্ফমদুনি। (লা. ৯৪)

মসিদা অইবীনা 'নঙ' হাযবিবসি মতমসিগী শক্তি পাযবিবা অঙম্বশিং অদুবুনি। মসিবু অইবীনা 'নঙ' হাযবা ব্রাহৈশিনা মহুৎশিন্নবা লাক্লবি। পার্সোনেল প্রোনাউন অমনা মহুৎশিনবা, সিম্বোল্ ওইনা শিজিন্নদবা ব্রাহৈগী মতিক মঙল ফোঙদোক্লবা (উৎনবা) লাক্লবা অসিনা অইবীগী চাংয়েং ওইবি। অনৌবা ষ্টাইল (শৈলি) অমগী মশক ওইনা থোকই। মণিপুরী শৈবেংগী সিম্বোলিষ্ট কবিশিং, সমবেন্দ্র, শ্রী বীবেন অমদি সুবেন্দ্রজিৎ (১৯২৫-১৯৮২) নচিংবগী মাইকৈগী ব্রাংমা লাম্লকপা মীৎয়েং অমনি। ইংবেজি সাহিত্যগী সিম্বোলিষ্ট পোইট Ezra Pound (1885-1972), W B Yeats (1865-1939), T S Eliot (1888-1965) অমদি French Symbolist Poet Charles Bandelair (1821-1867), Stephane Mallarme (1842-1898) অমদি Paul Verlaine (1844-1896) নচিংবগী ব্রাখল্লোনদগী লৌকবগসু অনৌবা মশক অমদা পুথোবকপা অইবীগী ব্রাহৈগী সিম্বোলনি। অদুবু অইবী অসিনা সিমবোলগী ব্রাখল্লোনদগী লাপ্না চৎপদি নত্তে। শৈবেংগী মীংথোল ওইবিবা 'মিতম' হাযবসিমক সিম্বোল অমনি। অঙম্বশিংগী অমদি 'নঙ' হাযবা ব্রাহৈসিগী মহুৎ শিন্নিবা Pictureque Symbol নি।

'শাযোকশঙ' হাযবা শৈবেংদসু অইবীনা সিম্বোল অমদি ইমেজবী শিজিন্নবি। 'মিতম' হাযবা শৈবেংদা 'নঙ' হাযবা ব্রাহৈগী শক্তি (মতিক মঙল) অদুদি যৌবা ঙমদ্রবসু ইমেজবীগী মুর্ত্তি অসিদি অনৌবনি। Imagist কবিশিং T F Hulme (1883-1917), Richard Aldington (1892-1962), Hilda Doolittle (1886 - 1961 অমদি Amy Lowell (1974-1926) নচিংবগী ইমেজবীগী খুদোলদগী তাথবা নত্তে। মণিপুরী শৈবেংদা, ক্ষেত্রি বাজেন (১৯৬৬) গী 'অহিংনা যেকশিল্লিবা মঙ' (২০০৯), 'মূর্ত্তিশিংগী মমি' (২০০৫) অমদি 'গোংলীক' (২০০৩) নচিংবদা শিজিন্নবিবা (যাওবিবা) ইমেজবীদা যুম্ফম ওইবা শৈবেংশিং অমদি বা.কু. সুবেন্দ্রজিৎকী শাৎনিংবী (১৯৪৭)দা যাওবিবা ইমেজবীশিংগা, অইবীগী ইমেজবীগা কাঙলুপ (স্কুল) অমদা ঈতিন্নবা যাবি। খুদম খবদং লৌখৎচবি :

১। মখোঙ অনী পানবা শা
২। অহিংবা ভূতকী তেঙ্গোল
৩। শাযোকশঙলেন লানবুঙ
৪। ফম্বাল শাবাক তম্বা

৫। ফগ্নাল মস্তিক্রবকপা

৬। লৈবাক শায়েল ঙায়েনবা নচিংবা।

'হক মুনশ্রবদি' হায়বা শৈবেংদসু ইমেজবীগী মশক অমা উবা ফংই। শৈবেংসিদা হক (অধিকাব:Right) মৎপিস্রবা কনাগুম্বা অমগী শক্তি মাংস্রবা, হিংলি হায়বদা ঙাইববা কাংগথাঙ ওইহৌববা পুন্সিগী মহিং-মবেল অদু ব্রাহেগী মূর্তিনা যাম্না মযেক শেংনা ফোঙদোকই।

থম্বিবে ফাজিন পুনশিন্দুনা

ঈখোঙ ঈখুৎ ককথৎপি

হকচাং কাযাৎ থুগাইবী

অপাম্বা মওংদা শেম্বি শাবিদুনা

নুমিৎ থা মশক উদবমখৈ

নিংথিনা শেম শাববা

নঙগী বাংলো মনুংদা

লৈতেং ওইনা থম্বিবী

মীযামগী মীৎযেংফম অসিদা .. (লা. ৭৫)

'কাঙখোঙসে হল্লব্রা' হাযবা শৈবেংদা অইবীনা তাইবঙ মীওইবগা মহৌশা খুৎশেমগা লৈনবা মবীদা অওনবা অহোংবা অমা লাক্রে হাযবি। প্রকৃতিনা ফাওবা মীওইববু অকিবা ফাওবক্রে। মীনা ওনবা শানা প্রকৃতিগী খল (Balance) অসি থুগাইবক্রে। মফম খুদিংদা শান্তি ফংদ্রে হাযবসু উৎলি।

হৌজিক্তি

কিজবে উমংনা - শানা

মীদগী ওনবা শা-শিংবু (লা. ৮৪)

শ্রীবীবেন্নদি মীওইবসি তোল্লবা শাগা পাংখক্লি হাযদুনা মাগী শৈবেং *'তোল্লবা শাদুগী ব্রাখল' (১৯৭০)দা ফোঙদোকই। থাংজম ইবোপিশক (১৯৪৮)* নদি মাগী শৈবেং 'অনৌবা থুংলবা জীব' (১৯৬৯)দা মীওইবসি 'শাদগী হেল্লা শাথিবা জীব' ওইনা লৌবি। দেবঋতানদি 'মীদগী ওনবা শা' ওইনা 'কাঙখোঙসে হল্লব্রা' হায়বা শৈবেংসিদা মীওইবগী মৃত্তি' ওইনা শাগৎলি।

অইবীগী শৈবেংগী অস্পেক্ট অমদি টেক্নিকতসু অনৌবা চাংযেং খবদি তৌবি। মণিপুবী শৈবেংদা ড্রামাটিক দাইলোগ শিজিন্নদুনা শৈবেংগী মশক অমা শাগৎলি।

মণিপুরী সাহিত্যদা কবিরত্ন শ্রী বীরেননা 'মসিবু মহৌশাদগী তৌবকত্রনে' (১০৬৯)দা অহানবা চাংযেং তৌখি। ইংলেজি সাহিত্যদা T S Eliot না The Waste Land (1922) দা খুৎই অসি পুথোকপা হৌখি। ইং ১৯২৫দা শৈরেং লাইরিক অসিদা সাহিত্যদা নোবেল প্রাইজ ফংখি। অইবী দেবশ্বাতাসু মাগী শৈরেংশিং, 'ঈথেবকপা', 'অরি-অনৌ' অমসুং 'লৈকোলদা' নচিংবদা খুৎই অসি শিজিন্নরি। খুদম অমত্তং লৌথৎচরি :

- নুমিৎতি কবিগী থোক্লিবা?

- নোং মাদি ভান্দনা।

- নোংনা করিগী ভানদ্রিবা?

- নুমিৎ মাদি থোক্লিনা। ... 'ঈথেরকপা', লা. ৫৮

অইবীগী অবোয়রদা য়েংবা য়াবা শৈরেংগী মেসেজ অমদি Metaphysical anxiety (anguish) গী মশক্তি - শান্তি অহিংসা, একতা (অপুনবগী শক্তম শাগৎপা) অমদি ভাইবত্ত পুলিবোল ব্রাংমগী মশক্তি। মসিদা মহাত্মা গান্ধীজি (১৮৬৯-১৯৪৮), জবাহরলাল নেহরু (১৮৮৯-১৯৬৪) গী রামরাজ্যগী দর্শন অমদি মেটাফিজিকেল এনজাইটি নত্রগা এংগুইসগী মশক্তনা (ধ্যান তৌরিবা যোগীগী দর্শনদনা) অরবিন্দো ঘোষ (১৮৭২-১৯৫০), রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৯৬১-১৯৪১), নরোত্তম দাস ঠাকুরনচিংবগী ব্রাখল্লোন নীংশিংদবা ভুমদে। শান্তি, অহিংশা অমদি একতাগী শক্তম শাগৎপা পাম্বা, ঐখোয় অমত্তনি, ঈগী ঈচেল অমদি মচুদি মান্নে, জাতি বিজাতিগী খেন্নবা লৈতবা, কুচু ধর্ম্ম অমদি বর্ণগী পলবু নমথায়বা পাম্বা গ্লোবেলাইজেসন অমগী ঈহৌ শাগত্তুনা মালেম পৃথিবীসি লমদম অমখত্তনি, অচৌবা ইংখোল অমখত্তনি হায়বগী ব্রাখল্লোন অমা অইবীগী শৈরেং খরদা ফোঙদোক্লি। লাইরিকী মীংথোলসু ওইরিবা, 'ডারবিন্‌গী থিওরী অমসুং খুনু চবুন্', 'স্লোগান', 'নুংশি মহাও', 'শান্তি' অমদি 'লিপুন' নচিংবদা অইবীগী পাউজেল পীনবা লাক্লরি।

ডারবিনগী
'থিওরী ওফ ন্যাচরেল সিলেক্সন'।...
ইমিৎসিনদি উরি খুনু চবুন চবুন
পাই পাইদুনা ...

ঙাইখিগনি ঐ
অনৌবা অয়ুক অমগী সনামশেকলক্তা
অঙৌবা খুনু চবুন চবুন
পাইশিল্লকপা অসুম অসুম
ফুগাইনা শাৎলকপদা লমদমসিদা
অচুম্বগী ব্রাহন অচুম্বা।

ডারব্রিনগী থিওরী অমসুং খুনু চবুন', লা. ১০৫

অইবীনা শান্তিগী লমদম অমা শাগৎচবা পামজবগী আশা তৌবি। অচুম্বগা শান্তিগা অনীসিগী যুগলরূপ অমা মূর্ত্তি ওইনা মালেমসিদা শাফোংহল্লকুবগী ঈখৌলাংবা অমা মথম্মোয়দা ফাওরি। 'শান্তি' হায়বা শৈরেংদা অইবীনা মখা তারি :

ঙালহল্লু তাইবঙ ফাওনা
হাংদোক্লুনা থম্মোয়গী থম্মোয়,
শেংলবা মঙালগী লীক্রমদা
অচুম্বগা ঈবোইন
চেল্লরকনি লুরবা শান্তি-লাইজ-ঈচেল। (লা. ১২৯)

'নুংশি মহাও' শৈরেংদনা একতাগী পাউজেল পীরি। অমত্তা ওইনা পুম্না হিংমিন্নবা শাক্বগী ব্রা হায়রি। ঐখোয় কনাসু নত্তে অতোপ্পসু নত্তে, ইমা অমত্তগী মচানি হায়না অইবীনা কল্পনা তৌরি। অইবীনা লাউরি :

মালেমদা খুন্দামিন্নরিবা
মালেমলৈমাগী মচা
মীওইবা ঐখোয়গী ...
মান্নরিবা হায়ববু
লোম্লেক্তবা থম্মোয়গী
নুংশি মহাও খক্তনি।...
লাক্লো ইচিন ইনাওশা
ইমা অমত্তগী মচানি
লীপুন চেংনা পুল্লসি। (লা. ৮২)

'শ্লোগান' হায়বা শৈবেংদা একতাগী ব্রাফমবু ময়েক শেংনা ইদুনা অইবীনা আইরোনিকেল ভিয়্যু অমদা ফোঙদোক্লি।

লাক্লি মীয়াম পবেং পবেং
লাউব - লাউবদুনা
শ্লোগান -
'ঐখোয় পুম্বা অমত্তনি
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি'...
জাতি বিজাতি কয়াগী
তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকি
নাৎকী ফিজোল শেত্তুনা
লাক্লি মথং মনাও নাইনা।...
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নসি
ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি। (লা. ৬৩/৬৪)

Metaphysical কবিতাগী মতাংদা অইবীগী metaphysical anxiety নৎত্রগা Anguish গী মমি তাবা শৈবেংখবসু থেংনবি। অইবীনা খুৎই অসিগী ব্রাখল্লোন্দা চংশিল্লবসু মপুংফাবা কলাগী খুৎশেমদি ব্রাৎনা লৈ। ইংরেজি সাহিত্যদা John Donne (1572-1631) না ১৭শুবা চহীচাদা শাগৎখিবা খুৎই অমনি Dr Johnson (1709-1784) না 'Life of Cowley' হায়বা শৈবেংদা Metaphysical Poets শিংগী মবমদা analytical view অমা পীবদা অসুম্না ইবি :

'The metaphysical poets were men of learning, and a show their learning was their whole endeavour, (The Metaphysical Poets, P 7)

অমুকসু মতাং অমদা মখা তাবি 'Metaphysics was not exercise for sharp wits but also a means to the interpretation of life (ibid p 11)

অইবীগী শৈবেং খবদগী metaphysical conceit অসি যেংসি।

১) মখল মথেল মচোই-মচোই
তিনশিনবদা তাদ্রবা পুনশিনবদা য়াদ্রবা

মালং-তবং শুন্দ্রং মোন্দ্রং

চুশিন্নৌ যাদ্রবা মচু কযাগী লাইয়েক্লি
য়েমৌনবা মচলনি।
- 'যেমৌনবনা চুশিন্নবকপদা' লা.৩১

২) চৎলিবা ঐহাকসি
কনানো,
কদাযদনো পন্থুংফম
হংজৈ ইদোম পুক্লিংদা, ...
অমম্বদগী অঙানবদা
ঈশিংদগী নুংশিৎতা
লৈমায়দগী নোংথক্তা ...
ওইবগ্রে ঐসু অযুক্কী লীক্লা
মপান পাইদ্রবা ঈপাকসিদা।
- 'লীক্লাগী পন্থুং', লা ৪১/৪৩

৩) অচুম্বা, নুংশিবা, ফজবা
মঙাল অহুমগী তুংনফম
লেঙদ্রবা 'মা'নি থম্মোযদি।...
বাখল মচুনা মাঙথ্রগা
ঙাম্লক্কনি পুক্লিং মহাকসু
লেঙদ্রবা মঙালদা থম্মোযগী।
- 'লেঙদ্রবা মঙাল', লা. ৪৪

৪) হোম্থবি পুন্সি হিনাও
ঈচেলগী তোবৈ তুথেক্তা
চেন্থবি নিংঙাইদনা
শক্র - শক্রদুনা ঈশৈ ...
নোংদম্বা হো নোংদম্বা
নঙনা কবিবু তম্লিবা'
পুন্সিগী কবম্বা মহাওনো
- ঈচেলগী তোবৈদা', লা. ১১০/১১১

- নচিংবা

## ৱাবোই :

বা.কু. দেবঋতা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী কলাদা নৌনা অইবী অমা ওইনা থোবক্লবসু, মশক নাইবী অইবী অমা ওইবকপা য়াবগী মগুন য়াওবি। লৈখিদ্রবা কবিবত্ন (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম্না ইং ২০০৬ তা পীখিবা উপাধি।) বা.কু. সুরেন্দ্রজিৎকী সাহিত্যগী থোঙ্গূল মুৎথিদনবা মপাবুঙগী মাব - থোঙ্গূল লিবক্লিবী অমহিত্তি থৌদাঙ য়াবিবী কবিয়েত্রি অমনি। আশা অমদি শীংনবগা লোয়নননা, পুন্সি তঙখায় চলশিন্নক্লবা মতুংসিদা থোইবী দেবীগুম, খাইদেম প্রমোদিনীগুম খোঙ্জেগী লানফমদা লান্মী ওইরক্লি। অইবীগী অহানবা ফোঙবা শৈরেংগী এন্থোলোজি অসিদা মাইপাকপগী খুদম ফংলবা অসিদদি - ৱা.কু. সুরেন্দ্রজিৎকী 'শাৎনিংবী' (ইবা: ১৯৪০/৪৬, ফোঙবা : মার্চ১৯৪৭), নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০)গী 'চৎলসিনে কদাইফনো ইবানি' (জুলাই ১৯৭১, ইবা : এপ্রিল ১৯৪২/১৯৭১), শ্রী বীরেনগী 'পোন্নবা শাদুগী ৱাখল' (ইবা: ১৯৬৪/১৯৭০, ফোঙবা: সেপ্টেম্বর ১৯৭০) নচিংবা অহানবা অইবশিংগী শৈরেংজী এন্থোলোজিশিং অসিগা থেন্নবা লৈতে। অইবশিং অসিনা অহানবা ফোঙবদা মাইপাকখিবা ঙাক্তনি, সাহিত্যকারশিংনা থন্মোয়বু শকথঙখিবা ঙাক্তনি, সাহিত্যদা থন্মোয়বু অমর খুডম থিন্দোকখিবা ঙাক্তনি।

অইবীগী Poetic work অসি orginal art form অমদা চংশিন্নকই। দিন্নন অমদি স্টাইলদা কমপ্রেস ওইদে। শৈরেংগী ৱাহন্থোক অমদি ৱাহনদা multi-meaning অমা শীনবা লাক্লবা অসিনা মরু ওইনা তৌই। Neology পংয়াও য়াওদে (ইফিজিবু 'মিতম', শাগী থেন্নবা শীবদা - Zoo দা লৈবা শাবু 'শারংশা' জঙ্গলদা নৎত্রগা চীংলক্তা লৈবা শাবু 'উমংশা' হায়ই নত্রগা হৌদোংবু 'অয়োকশা' হায়না শিজিন্নবা), সিম্বোলদা অনৌবা মশক অমা পুথোকপা থেংনৈ। ময়াই কারবা শামুবু সিম্বোলিক ফোর্মদা নুপা ওইনা লৌবা, অমুবা নোং মতমবু শেলখাইবা লাকপশিংগী নোংমৈ গুলি নৎত্রগা হেন্দ গ্রেনেদ ওইনা, লুহংপ Miscrown ওইনা লৌবা, অঙৌবা খুনুবু শান্তিগী উচেক ওইনা সিম্বোলাইজ তৌবা, অমুকী শীক্লানা মীওইবা পুন্সিগী ঈচেলগী সিম্বোল ওইনা শিজিন্নরকপা নচিংবা) নীংতম্বা পাম্বগী শৈরেং, 'থন্মোয় শৈরোল', মরৈবাক নীংবগী মমি তাবা শৈরেং, 'মৈত্রবাকসিদা', অইবীনা শৈরেংদা ঙাওজবগী মমি তাবা, 'কবিতা', 'ইথিল অমনা', Shakespearian Sonnet গী মুম্ফমদা শাগৎপা মশক্তা ইবা দেবোসনেল

পোইম্গী 'ভক্তি লৈবাং' science and technology গা নকশিন্নবা মতাংদনা, 'শতাব্দীগী থোঙজিন্দা' নচিংবা শৈবেং খবস্ লৈবি। পুন্নমকসি নৈনবা তাবগদি মপুংফাবা অইবীগী শৈবেংগী মশক অমদি অস্পেক্ট খবদি খঙবা ঙমগনি। শুপচিন্না হাযজববদা অইবীগী শৈবেংগী কলা মপুং ফাই, থাক নেম্না খক লৈতে মগুন যাওই। অহিংবা কলাগী পোৎ ওইনা ভুংকোইনা সাহিত্য লৈহৌবা ঙমগনি। অইবীদা মখা তানা শৈবেং লাইবিকশিং ফোঙবিবক্রবা নীংশিংজবি। নোংমদি শোযদনা অইবীগী মফম অমা মণিপুরী শৈবেংগী ঈচেলদা লৈবকখিগনি।

অইবীবু থৱায হকচাং যাওনা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীজবি।

শিংজমৈ, ইম্ফাল
চৈবাউবা নুমিৎ, শগোলশেন
তাং ১৪।৪।২০১১ ইং

(ডা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্ব)
হেদ, মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট
ঋা মণিপুর কলেজ,
মণিপুর গভর্ণমেন্ট

# রাবোল খবদং

অঙাং ওইবিবৈঙদগী হৌনা শৈবেংবু নুংশিজখি - পামজখি অমদি অহাঙবা মতমদা ইমান্নবী অহুম-মবি পূন্নগা শৈবেং থীবা পানা শান্নদুনা মতম লেনবা খ্বাইদগী নুংঙাইজবী অমা ওইবকখি। কন্সিগুম্বদা হৈনীংলকপা তাঞ্জাদা লেখাবোই মচীদা, চেজেৎ মচাদা শৈবেং ইনসু মযাওই। অদুবু, মতমদুগী অঙাং-ঐগী বাখলদা শৈবেং ইবা হাযবসি লাইবিক লাইগু যামা হৈবা জ্ঞান যাম্না লৈবা মীওইতনা ইগদবনি হাযনা খল্লুবনা ঈচঙ থৌনা শৈবেং ইবগী লমদা খোঙ থ[illegible]জিনবা ঙমখিদে। বাখল মপূং ফাবক্রবা মতমদদি পূক্রী গী ঈথিলশিং অদু নীংতম্না ফোঙদোকনীংলকই। বাখলসিগা ঈবোযননা মতম মতমগী ওইনা ঐগী পুক্রীংদা পোক্রকপা থম্মোযদা ফাওবকপা ঈথিলশি[illegible]দুগী মমি খব খবদং লাকশিল্লগা শেবেং ইবা হৌবকখি। শৈবে[illegible]শিং অদুদগী খবদং লৌখৎচবগা লাইবিক অসি পৃথোকচবনি।

মতাংসিদ হাসজলাংবা নামম অমনা লাইবিক অসি পথোকনা হোৎনবদা [illegible] শ্রী [illegible] খৌগৎ[illegible]নকখিবা ঋা শ্রী এলা[illegible] পুঙাকিক্ষেল, [illegible] শ্রী লাইমযুম [illegible] শর্মা, [illegible] ঙংবী মেমচৌবী অমদি ওঝা ডা [illegible]নোমাইথেম তোম্বী [illegible] বু তৌবিমল খঙবগা লোযননা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। লাইবিক অসিগী মবমদা বাহৈ খবদং ইবিনক্রবা হাযজকবদা হবাও হবাও যাবিবকখিবা ওঝা শ্রীলোংজম জযচন্দ্র অমদি ওঝা ডা· শবৎচন্দ্র লোঙজোম্ব - বু থম্মোয শেংনা থাগৎপা ফোংদোকচবি। লাইবিক অসি নমবদা যাম্না অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা কম্প্যুটব প্রাইডকী প্রোপ্রাইটব শ্রীগুকমযুম গগণচন্দ্র শর্ম্মা অমদি প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক মখুম যেকপীবকখিবা শ্রী অবিবম বাজীব শর্ম্মাবুসু হন্না হন্না থাগৎচবি। লাইবিক অসিবু ফোঙবীবিবা অমসুং আই.এস.বী.এন. পীবিববা মণিপুব লাইব্রেবী এসোসিযেশন্ (মালা), ইম্ফাল অমসুং জেনেবেল সেক্রেটবি ওইনা থৌপুবীবিবা ডা: চবোইবম ইবোহল সিংহবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

অবোযবদা, শৈবেংবু পামজবা অমদি সাহিত্যবু নুংশিবিবশিংগী মফমদা নোল্লুক্রা খুৎশীন্নজবি ঐগী অহানবা শৈবেং-শৈখোম 'ডাববিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন'।

ইম্ফাল, এপ্রিল [illegible] [illegible]

# যাওফম


| | | |
|---|---|---|
| ১। | যেমৌনবনা চূশীন্নবকপদা | ৩৩ |
| ২। | চৎখিগনি ঐদি | ৩৫ |
| ৩। | শাযোকশঙ | ৩৭ |
| ৪। | লীক্লাগী পস্থুং | ৪৩ |
| ৫। | লেঙদ্রবা মঙাল | ৪৬ |
| ৬। | সভ্যতাগী খোঙজেলনা | ৪৭ |
| ৭। | ঐ | ৫২ |
| ৮। | মীটিং-মীটিং | ৫৫ |
| ৯। | লৈনম্না ওল্লক্লবদা | ৫৭ |
| ১০। | ঈথৈবকপা | ৫৯ |
| ১১। | লমওম্লোক্কী ব্রাবী | ৬১ |
| ১২। | থম্মোয শৈবোল | ৬৩ |
| ১৩। | স্লোগান | ৬৪ |
| ১৪। | কুমগী নোংনৌ | ৬৮ |
| ১৫। | শঙজিনখ্রবা মচুলক্তা | ৭০ |
| ১৬। | প্রলযগী মৈবীলক্তা | ৭১ |
| ১৭। | মিকপ | ৭৩ |
| ১৮। | মঙলান অমদা | ৭৪ |
| ১৯। | হক মুনখ্রবদি | ৭৭ |
| ২০। | মতমগী খোঙলৈ | ৮১ |
| ২১। | মশক অমসুং মমি | ৮২ |
| ২২। | অবি-অনৌ | ৮৩ |
| ২৩। | নুংশি - মহাও | ৮৪ |
| ২৪। | লীপুন | ৮৫ |
| ২৫। | কাংখোঙসে হল্লব্রা | ৮৬ |
| ২৬। | মৈবাম্বী | ৮৭ |
| ২৭। | মৈত্রবাকসিদা | ৮৯ |
| ২৮। | কবিতা | ৯১ |

| | | |
|---|---|---|
| ২৯। | লীচিং অমদা | ৯৩ |
| ৩০। | মিতম | ৯৬ |
| ৩১। | খঙজদ্রিবা | ৯৭ |
| ৩২। | লানবুংসিদা ঐখোযগী লাইবক | ৯৯ |
| ৩৩। | ঈচেলগী তোবৈদা | ১০১ |
| ৩৪। | আইন | ১০৪ |
| ৩৫। | ডাববিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন | ১০৬ |
| ৩৬। | খল্লুদে নোংমতসু | ১০৮ |
| ৩৭। | ফজবা থম্মোয | ১০৯ |
| ৩৮। | পুন্সি | ১১০ |
| ৩৯। | অমুবা নোং মতম | ১১১ |
| ৪০। | মীৎযেং অমা | ১১৩ |
| ৪১। | নুংনাংবা | ১১৫ |
| ৪২। | অপাম্বদি নঙগীনি | ১১৬ |
| ৪৩। | বাহং | ১১৭ |
| ৪৪। | ঈথিল অমনা | ১১৯ |
| ৪৫। | লৈকোলদা | ১২৩ |
| ৪৬। | চোইবোল | ১২৫ |
| ৪৭। | লাইববা ৱাখল | ১২৬ |
| ৪৮। | অমম্বগী মৈঙালদা | ১২৮ |
| ৪৯। | হেনথোইবীগী লৃহপ | ১২৯ |
| ৫০। | অচুম্বা | ১৩০ |
| ৫১। | শান্তি | ১৩১ |
| ৫২। | শতাব্দীগী থোঙজিন্দা | ১৩২ |
| ৫৩। | ভক্তিলৈবাং | ১৩৪ |

## যেমৌনবনা চূশীন্নবকপদা

নোকপনা হৈনবীনি লোন্না-ফোংনা
মোমোন-মোমোন — কনাদা নোক্লি ?
মালংদা !
ব্রাদি ঙাঙ্‌দে ব্রাখলদা উংই
পূক্নীংনা যেংই — কনাদা যেংই ?
তবঙদা !
মথোই কাবি মখে লাংই
পুমতাউ তাউই — কবিদা তাউই ?
শুন্দ্রংদা !
ব্রাখলগী দলান্নি নুংঙাইবদগীসু নুংঙাইবা
শাগৎপদা নুংঙাইবা — কবম্না নুংঙাইবিবা ?
মোন্দ্রংদা !

মখল-মথেল মচোই-মচোই
তিনশিনবদা তাদ্রবা পুনশিনবদা যাদ্রবা
ফল তাদ্রবা অঙ্কনি।
মালং - তবঙ - শুন্দ্রং - মোন্দ্রং
চূশীন্নৌ যাদ্রবা মচু কযাগী লাইযেকনি
যেমৌনবা মচলনি।
মতমগী যাওল অনৌবা শাযোল
কুমজা কুমওন মওল মওল

লৈমবোল খোর্জেকোল (লৈকোল), ইম্ফালনা ফোংবা শমজিবৈ
(খোমজিনবা শৈবেংগী লাইবিক), ২০১০ দা ফোংদোকপ্রবা।

অহোংবনা পুবকপা অওনবনা পীবকপা।

চোংলকখিনি ব্রাখল-মযোল

মালং-তবঙ-শুন্দ্রং-মোন্দ্রং

মীৎযেংসিগী পঙ্খেদা লৈইসিগী ব্রাংমদা।

অমম-অঙান শিন্নবগুম

মঙলাননা মঙফাওনবকপগুম

ফাওবখিনি মঙাল-ঈফূৎ।

৭।৩।২০০০

# চৎখিগনি ঐদি

ঐনা চৎলি
চুম্না চৎলি চুমড্রিং চুম্না
নাক - যেৎ
তুং - মাঙ্
লৈবম্মী লম্বী কযা কযা।
চুম্না লাকই,
ফৈনা চৎলি ফৈজিল্লকই
ফেনজিল্লকই,
থেক্লা চৎলি থেকচিল্লকই
থৈজিল্লকই।
লমফাংনবি মাযকৈ তবা
লম্বীদা লম্বীনা
কাবন লাকই।
চুম্না চৎকে
তৌবা ঐদি
কক্ঙাওনবে
চৎফম খঙ্দা
রাখল পবীং ফৈজৈ চৎলি
কদোমদনো চৎকদবা '
লম্মাঙনবে মফম খঙ্দা
চুমড্রিং চুম্বা লম্বী অদো,
অদুবু ঐদি

থিখিগনি লগীদো
চোকথবা নৈতনা,
চৎখিগনি লেপ্পা নাইদনা
মঙালগী খোঙ্গুল লীক্লমদা।

১২।৪।২০০০

## শাযোকশঙ

পামজনা খনগৎচবা শা মখল-মখা
যোকখৎলি মীযাম্না লুন-চান্ন
শহবগী মযায চবুক্তা
অখন্নবা শাযোকশঙ অমদা।
মখোঙ অনী পানবা শা
ফীজোল নান্না শেৎতুনা
মীমায মাযখূম উপ্তুনা
লৈতেং ওইনা ঙানথোইবি
শাযোকশঙগী শাবংদা।
অহিং-নুংথিল খাক্তনা
অরা-অনা খাঙদুনা
কবিদা শোযখিনি মতাগুম
থৌগনজৈ শাযামগী যাকাবুং
ঙাকচৈ-শেমজৈ চ্যেকশিন্না
অহিংবা ভূতকী তেঙ্গোলনা।

শাযোকশঙদা চঙলমদাই
শবী শোল্লী লাউন-খোংনা
মো-মো --- গো-গো ----

শক্লি অচেৎপা ব্রাশক-পবৈ

ম্যাঁও-ম্যাঁও --- গৌ-গৌ ----

থাজ-ব্রাহৈ কযাগী

ঙংন নিল্লবা খোন্থাঙ্না

যৈবি তবাগী নাকোংদা

মিকূপ কাংবা লৈতনা

হাযজৈ নোনজৈ থম্মোয শোক্লা

লেপ্তনা খাঙজৈ শবোই-ঙাবোই

লোযননা তমজৈ লীকোন্-খুজিং

নীজৈ খ্বাইগী অযাবা।

নমথাক লাংদা শাযামগী

থুখ্রে থম্মোয মীযামগী —

'শাযাম পূক্লীং থৌগৎপা

মপু ঐখোয থৌদাংনি

অফ-ফত্ত খন্দনা

অচুম-অবান থিদনা

শাযাম যোকখৎ শৌগৎপা

হেল্লোইদ্রা অসিনা তোংজবা'

নৈনবকই অসুম্না

ওইজ' থিবা তাইবঙ্না।

খনবমথৈ খল্লগা

চানবিবে মীযাম্না শাযাম্বু

যোম্থোকচদুনা মশা মশাবু

অশীৎপা মমল খবদা।

মিপাইবম্বা শাযামদো

মবুক চোনবা শেঙ্গাওনা

মতীক-মযাই হাপকৎপি

নোক্না-খেনা চোংশিনখি

শাযোকশঙলেন লানবুংদা।

অকনবা শাবং লানথেংনি -

শাবং-ফম্বাল কযানা

মিকানবৈ মচাক ওই

শাযাম মখে লাংলক্ই

ফম্বাল শবাক তম্লক্ই।

মযায তাংবলদা কুন্জনীং

নোংশা কৈবু ওন্জনীং

হুইনাও-যোংনাও চীথদ'

ৱাখল তেমশীংনবকই

ফম্বাল মনতিক্নবকই।
হুইযেন লাল্লোং শীন্নবকই
মীচঙ খোম্বা হৌনবকই
লোন্না-ফোংনা চীকমাং-চীকমাং
নুংথিল-পোবোপ নোংযাই-ইতু
ব্রাতানবি চীবোন চীবোন
অনীগা-মবীগা চীবোন-খাবোন
নাকপাক নাকপাক
পানা থোক্লা।
অমগা-অমগা উংখৎনৈ
ঈন্নৈ-কাওনৈ ব্রাইনৈ-থিন্নৈ
অমুক্কসু অমুক মচান্নৈ
যানদ্রগা হাৎতোক্লে,
শাবমচৎকী হৌনবী
ঈকায-ইকী খঙ্নদে
অফ-ফত্ত খন্তুদে
ঙকপদগী ঙক্লবা
শাযোকশঙগী লৈহাওনি
ফমথোল কাব' ফম্বাল তোংল'
শকখিবা শবী কাউথোকই

ব্রাশক পবৈ হন্দোকই
মীযাম খোঙনেৎনবকই।
হুইগী অথোইবা মরুপ্পা
হুবানবনা ওইবকই
শজীসু লমজেল কাউবকই
থেবসু খাক্লা নোক্লকই।
ফুদ্রিৎতা মাঙজোং চোংবা 'শা'
লুমদুনা লৈজে অচেংবা তাঞ্জা —
যুম্নাক ওল্লি শাগে হোংই
নিংথৌ খুভম শিন্নবা
শাবং-ফম্বাল মুন্নবা
শাগী-শা লানগী-লান
লেপ্পা লৈতে লোইবা নাইদে,
শাবং-শাগী লীচৎতা
উমং-শানা ঈকাযজ'
শাগী শাগে হাযদোক্লে
মীযামসু ব্রাখল চোইবক্লে
লৈবাক পুংজাও থীল্লক্লে
শাবাউ-লানবাউ কল্লক্লে
কাংখোং চাইবক্লে

লৈবাক শায়েন ঙায়েল্লে।

লাক্লো যাওল অনৌবা
মমিংতগী ওইবা মীওইবা
মী ওইনা অমুক্তং হিংনবা
মমীৎ মমায পাঙ্নবা
ঈংনা চীক্লবু পান্নবা
অকন্বা য়াওল নোংলৈনা
ওলহনখ্রসনু শাযোকশঙ্
অচুম্বগী পোক্লফম
নুংশিবগী হৌবকফম
ফজবগী তূংনফম।

১৬।৪।২০০০

# লীক্লাগী পম্বুং

চৎলিবা ঐহাকসি

কনানো,

কদাযদনো পম্বুংফম

হংজে ইদোম পূক্লীংদা।

খুনীংথেক অমদগী খুনীংথেক অমদা

চৎলি খন্না খন্না

ফংলকখিগদ্রা ঐহাকসু

হাংল  অতিযা মকোযদা

থা-থৱানমিচাক্কুম্

নুংঙাই ঈপাক্তা তাউজবা,

মহৌশা লাইবেম্বীগী তম্পাক্তা

হৈপাল-লৈপাল খৃদিংনা

ঈংনা-চীক্লা যাতা'গুম

নিঙ্ঙাইদনা লৈজবা।

খল্লিদৈ অসুম্না

ৱাখল কযা চকৃক্লনা

লৈচিল নোংফাই মবক্তা

কৃপলকখিবা নোংথাঙ্ অমনা

খংচীং চিংশিনখি পূক্লীং

অমম্বা হিদেন অমদা।

ঙাইবি ঐবু মখূৎ তিংথোক্কুনা

থাগোনবিগে মতাগুম,

ফাওবকই অকি-তুজুংবা

তনিক-তনিক্না থম্মোযদা,

মিপাইবকই খল্লুবগা

লূপখ্রবদি ঈবোম্মুংসিদা '

খঙনীংলুই অমুকসু,

কবিবু লৈবিগবা

হিদেনসিগী ব্রাংমদা '

চঙশিল্লুই খঙ্ননবা

মাব মাবদুনা

হংল হংলদুনা,

অমম্বদগী অঙানবদা

ঈশিংদগী নুংশিৎতা

লৈমাযদগী নোংথক্কা

চৎলি কোযনা লেপ্পা লৈতনা।

পাউখুমলকই খঙহৌদনা

নুংগী যাব্রা খোঞ্জেলনা —

‘লৈতে পম্লুং খোঙচৎসিগী
ওন্ন-হোংনা চৎপা নত্তনা।’

ওইবন্নে ঐসু অযূক্কী লীক্লা
মপান নাইদ্রবা ঈপাকসিদা।

২৩।৪।২০০০

## লেঙদ্রবা মঙাল

অচুম্বা, নুংশিবা, ফজবা
মঙাল অহুমগী তূংনফম
লেঙদ্রবা 'মা'-নি থম্মোযদি।।

মিকূপ্ খূদিং মোংলকপা
ব্রাখল মচু কযানা
তথকহল্লি পূক্লীংদি।।

ইন্দ্রিয মঙাগী পাউথাঙদা
কেকুলোৎপী শান্নজৈ
অহোংবা ব্রাখল মহাক্তি।।

শজিক-থাবানা লোৎখ্রগা
লংল-কোবৌ মঙালনা
তাইবঙ মিকপ থোকহল্লি।।

ব্রাখল মচুনা মাঙখ্রগা
ঙাল্লক্কনি পূক্লীং মহাকসু
লেঙদ্রবা মঙালদা থম্মোয়গী।।

১৭।১।২০০১

## সভ্যতাগী খোঙজেলনা

উখি ঐগী অহানবা মীৎযেংদা
অযূক্কী সনামশেক্‌লক্কা
তনৌ-তনৌ নৌজবী,
নুমিদাং'থাবল ঈপোমদা
মেঙনা মথোই কাজবী,
নোংমদোন থব্রানমৈবাগী
তনিক-তনিক মঙালদা
চীক্লা-লেম্না ঙানজবী
নঙগী নুংশি-চান্ন মীনোক।
তাবমদাই নুমিৎকী মমি শামিবক্লিবা মশেক্লা
কবি ব্রাবু হায়খিবা '
নঙগী লুকক্কবী মাযথোঙদদি
উখিনে ঐনা নুংশি-চান্ন মীনোক
খোইথূম্নববা।
শুমহৎয়াই পুবিবী মীনোক হৈবী নঙসে
মতম-মতমগী
মচু-মচুগী
ফীগে-ফীজোল হোং-হোংদুনা

কযাদা কেজবমখ্রবা

কযাদা ফজবমখ্রবা।

ঙসিদি,

সভ্যতাগী খোঙজেলনা

খোঙলৈ য়াঙনা চেল্লকপদা

থেংখাং-থেংখাং

চৈথেং পীবি নঙবু,

চৈনা খাঙলি নঙ

খমথেংনা তুহৎ-নৈহৎপিবগী।

তমথীনা লাক্লবি অমুকসু

মীওইবগী খুৎশেম্মা

হূ কামশিন-কামশিন্দুনা

নঙগী থোৎ-নৌববা

মাযথোঙ্দা-থবোম্বী ফাওনা

নশাপূম্বদা নশক-নচু ওন্‌বমখৈ।

তৎতনা চৈনা পীবি নকোক্-নকদা

থুদেকপিবি শক্ন-শযাঙ্

মথং মথং ওইনা

নৈথেকপিবি শাবান-কায়াৎপূম্বা

ওস্থোক্লা নুংশি হৈতনা।
শাথীববা মবাল কযা কযা, অসুম্না
লঙ্শীনজবিদো নফমদা তাইবঙ খুনাইসিনা।

খঙইনে ঐ খঙই
শাউবে নঙ
মখোযগী তমথীববা মতৌসিদা
অশাওবনা ঈ কাববা নমীৎ অনীদগী
থক্তোবক্লি মৈবীক চবুন-চবুন,
নচীন-নযাদগী হাদোবক্লি
ঈথক হৌববা মৈবী-মৈবুল,
চাইখাযবক্লে মাযকৈ খূদিং
শিৎলক্লে-হুন্রক্লে মৈগী নুংশিৎ,
ও ' চাকথেক্লে-কাথেক্লে
মালেম, মফম মফমদা।
ভৈববীগী শক্লোন লৌ
শাবকপদা নঙনা জগোয
থক্ থক্ নীক্লুনা খাঙ্লি মালেম,
লুববা সমুদ্রগী ঈবোন্নুং ফাওনা
চেখাযবক্লে, হাবক্লে যুহাব অকনবা

মথং মথং খল কাযবক্লনা
ব্রাকচাংগী খাববা উলেম্লভ্রস্
নংলি অব্রাবা
অকীবা ফংলবা ঈচাওগী,
মাঙলি-তাক্লি-যোংলি
তাইবঙ জীব কযাগী থব্রায।

অদুগৈ,
নঙগী নুংশাশোব খৃদিংনা
তুখোঙ-তুখোঙ যৈবকপদা
পৃক্লীং-হকচাং, তেকখৎহন
হাপ্লীখিবনি তাইবঙ থব্রায।
অদুবু, পৃম্নমক কাউথোক্লনা
শীঙনবি অবং-অবংননা
লৌশিংগী নাপলদা মযাই কাববা মীওইবনা
নঙগী খৃৎশেম্বু,
তাইবঙ লৌশিংগী ব্রাংমদা লৈবিবা।
মবালনা মপোৎ ফাববা তাইবঙ খুনাইসে
মহয ফংলে লঙ্জকবগী
নঙোন্দা লঙ্জকবগী —

শকখিদ্রে কোকিলসু যেন্নিংথাদা ঈশৈ
শাখিদ্রে বাহোংসু ইপানথাদা জগোয,
থোন্নিংথা-নাকেন্থা
নিংথম-কালেন-নোংজুথা
কোযচেন চেল্লি ককঙাওনা
মথম মতম ওন্ননা
খল কাযবনা মালেমগী
মচা মচা খুদিংদা।

। ২০০১

## ঐ

কুইববনি ঐনা হংনীংলিবা
শকউদবা নঙোন্দা
ব্রাহং অমা —
হাযযু লাল্লিবসি কনানো
তাইবঙ মীওইবা ঐখোযবা
নত্রগা তাইবঙ শেম্বা নহাকলা ?
যেংউ,
শেম্বীবে ঐখোযবু অথোইবা মপোক্তা
পীবীবে ব্রাখল-লৌশিং-পাঙ্গল
জীবপুম্বদৈ তোপতোপ্পা।
অমুকসু নঙনা
খঙ্‌হনবীবে কাউঙমবদ্রবা মহাও
অপাম-মিহৌগী,
লাকশিনবদা ব্রাববা ব্রাখলদা
পোকহল্লে কল্লক-যেংথী, অশাওবা।
হৌজিক্তি
চাক্লে মীওইবা নাপলগী মৈবীনুংদা,
শেন্নি চৈখল-কাখল মশীং লাকঙমদনা
হাৎনবি-শুনবি-মূক্লবি,

শেৎতুনা চানবি অঙম অঙম্বা
হিদান্নবি 'ঐ'-গী নাপল অমগা-অমগা।
ঙসিদি
ওইবে তাইবঙ্ পূক্লীংসে
অপাম-মিহৌ-কম্লক-নাপল
পাপ কযানা থম্লবা
লোইবা নাইদ্রবা লানগী লানবুং।
হা তাইবঙ শেম্বা মপুও '
খঙলমগনি নহাক্তি পূম্নমক
খোযুম কনাগী খূৎশেম্নো
তাইবঙ্ কনাগী থৌশিলনো।

হে অপঙবা মীওইবা '
কবিগী অদুক ব্রাবৌবিবা —
ঐহাক্না শেমখিবনি তাইবঙ লৈকোলসে
ঙাকপী-শেনবী ফজহনগনি খন' নখোযনা
অদুবু,
থামাইম্রে নখোযবুদি, থামাইখ্রেনে
মহূ কম্লবা 'ঐ'-গী মযাইনা

থমখ্রে চেৎনা কোনশিন্দুনা

ফাজিনখ্রে পুনশিনখ্রে

কাউহন্দুনা হৌবকফম অচুম-অবানগী।

হংজৌনে তৎতনা নদোম তুমিন্

খঙজনবা থম্মোযগী অশেংবা ঈহুন,

লংলবা মণিমুক্তানা ঈবোন্নুংদা লোৎপগুম

ঙাল্লিবনি থৃদিংগী থূপ্ন’ লকানুংদস্

মতম পৃম্বগী লেঙদ্রবা মঙাল

‘ঐ’-গী নৈই ৱাংমদা।

১৭।১।২০০১

# মীটিং-মীটিং

মীটিং-মীটিং-মীটিং
যাইফনবা চাওখৎ-থৌবাং
চাওখৎনবা যাইফ-থৌবাং
মফম-মফম, তোযনা-তোযনা
অচৌ-অশাং, অখঙ্-অহৈ
ৱাতানবি পূন্নপ্ পূন্নপ।
খন্নৈ, খৎনৈ
লাউনৈ-যেৎনৈ
কাঙবু 'মনা কিরুপ কিরুপ,
তুমপক তুমপক ফন্নদুনা
তাবতনা মশরুক,
অবোইবদা বিজোল্যূশন্
লৌবে যাবে
মথং মথং,
মীটিং লোইব থোক্লবকই
হবাও হবাও কাযনবকই।

ক্রীং ক্রীং ক্রীং,
নোংঙানবদা হোকবদুনা

পীবন্নিবা খববদুদা
উবে পাবে বিজোল্যুশন্
ঙবাংগী মীটিং বিজোল্যুশন্ —
খাগী তুবেল অশাংবী
নোংচূপলোমদা চেন্নম্লে
নোংপোক্তা তাবা লৌবুকসু
অৱাং মাযকৈ পাংলম্লে
চীংলোন মাপন ঙম্নমক
ঈশিং ঈচাওদা থুম্লম্লে
শিখ্রবা মীওই কযাসু
হিংগৎতুনা লৈবম্রে
মীওই কযা অমনা
চঙনা চঙনা শিবম্লে।

মীটিং খুদিং অসিবা '
লৈবাক্কী ওইবা ৱাফমদি
অসুম্না অসুম ওইববা
কবিনো মীটিংগী কান্নবা ?
যমগী চৈবাক ফংলমদাই
মীটিং-মীটিং-মীটিংনা
চৈবাক থৈদোকপা যাগদ্রা ?

১৪।৪।২০০১

# লৈনম্না ওল্লক্লবদা

লৈবাং অমা,
সৃপ্নতগী লৈবাং অমখক
শাৎলি ঐগী নুংশি লৈকোন্দা —
থোৎনা নৌনা ফজবী
লৈশাৎ লৈচু নীংথিবী
লৈনম্না পৃক্লীং শুমহৎপী
পম্বম্না শাৎপী লৈনুংশি,
লৈজ'পৃম্বা কৎথোকচ
লৈবাং লৈখোঙ শোমজকই
হাইনা হুম্না কেনা নৌনা
শাৎচৈ লৈবাং তনৌবী।
অদুবু, ঙসিদি নংই —
নংই অবাক-অখঙ
খঙহৌদবা চীবোলদা
মতম মাগী চীবোলদা।
খৃৎশেম্না গুলাপ ওইজবী
লৈনম্না হৃ যেম্লিবী
শক্লোনপুবী নাতোনচাবী
শাৎলম্লে নুংশি লৈকোন্দা।

লেঙদবা, অশেংবা, ফজবা
গুণ অহুম্না লৈতেংবী
লৈনম্না লৈশক তাকচবী
ঐগী নুংশি লৈবাংদু
নংলমদবে মহাক্তি।
লৈশক খড়্ঙুদবৈ অৱাবা —
চাউববা নুংশাশোব মপী অমা
পল্লি ঐগী থবোম্বীদা
পল্লি ঐগী থবোম্বীদা।

১৭।২।২০০২

# ঈথৈবকপা

মথৌনা মবিংজেল ফুদোক্কুনা
মবৈবাক মজাতিগীদমক লেপচবা
মপুকচেল শেংনা হিংজবা
ওল্ড্ ট্রেন্ড্ ওল্ড ট্রেন্ড্ ।

মীনম শোবিবৈ ঈচাওদা
লুফেৎ লুফেৎ তাউদুনা
মিঙ্গৌলাংদা থৃবিবা
নিউ ট্রেন্ড নিউ ট্রেন্ড।

ওইদবৈ লৃহুপ উপ্পুনা
নাপল দোলাই তোংদুনা
মশাতবু ঈবাৎপা
মোডর্ন কোন্‌সেপ্ট
মোডর্ন কোনসেপ্ট ।

হাদ লুচিংপুবেম্বা '
শাযোল্লক্তে তোপতোম্পা
ঈথৈবকপা ঈচেলনা

পুবক্কনি কৈদৌঙৈ

লৈবাক্কী নুংঙাই যাইফবা ?

নুমিৎ মানা থোক্লকপদা

নোং-মাসু ঙানবনি।

নুমিৎতি কবিগী থোক্ত্রিবা ?

— নোং-মাদি ঙানদনা!

নোংনা কবিগী ঙানদ্রিবা?

— নুমিৎ মাদি থোক্ত্রিনা!

ইউনিভর্সেল আইডিয়া

ইউনিভর্সেল আইডিয়া।

২৯। ৬। ২০০২

## লমওঙ্খোক্কী ঈরাবী

অযোকশা —

পীজবগা চাই

পীজদ্রগা শাউই মপূম-থীৎপমখৈ,

ঙমজদে মকন্থী ফুদোকপা

শাবং-মনুংদা লৈবনা।

পুকচেল চাউবা মপুনা

নাপী চাদুনা হিংজবা

খোঞ্জেল থোক্লা খোংজদবা

থেব মচাদুদা

তন্বী শাহিংচাবা,

শবাক তন্বা অসিনচিংবা।

মথৌ শঙ্ই নুমিৎ খূদিং

হৈনহল্লি নীংথিনা

তাযোন্নববা চাকচা যুথকতুদা।

নোংমা খূজিন খূনাঙ্খোক্তা

শাহিং চাবগী হৈনবীদুনা

চোংশিল্লক্কুনা থেবনা

শবাক তন্নকই মপুদা,

শাবুক ঙাবুক খঙদনা

নেৎলি মপুগী মথবাক্তা

শদূম ফকই, শদোঙ্ চাই
ঈখেং চূপ্পী মবুক পেন্না,
খোংই মখৌ পোঙ্না পোঙ্না
অসূম্না থেব মচাদুনা
ঙাকখি মপুগী মমায।

ঐনা অঙাং ওইবিঙৈ
নিংঙাই চক্রি থেম্বদা
চাকঙাই ৱাবী মচাসি
লীবিখিবনি ইমানা,
নিংঙাই তৌবা কাউথোক্লুনা
ঙক্চনা কিজনা তাজখিবা
মতমদুগী ৱাবীদুনা
ঙসিদ ফজবকপদুনি
ৱাবীনা ৱা ওইবকপদা।

৯।৭।২০০১

# থম্মোয শৈবোল

পামজদে ঐদি শাৎচবা
সাহেবকী লৈকোলদা,
লৈজনীংদেনে ঐদি
মেমসাহেব ওইনা গমলাদা।
শাৎচগে চীংযা নাপোমদা
মালংগী লিবি ঈপোমদা
হাইনা হুম্না হিংজগে
পাৎকী লাইজ ঈযাযদা,
নোংলীক মানা খীকপদা
ফুগাযনবু শাৎচগে,
ওইজসনু নোংজা 'মত্তং।
নোংজা মানা লোইদ্রিঙৈ
শাৎচখিগেনে লৈকা ফন্না
ফংজগেনে মহাওদো
নীংতম লৈশাৎ অমগী।

৭।৩।২০০৩

# স্লোগান

থেঙলবা অহিংসিদা
মাযকৈ খঙদনা যৈবক্লিবা
খোম্থাঙ্-নিলখোংবগী —
কবিবু ওইবিগবা '
অসুম অসুম নকশিল্লকই
খল্লি —
কবিবু ওইবিগবা '
চেনথোকলুই থোঙ্গাল তম্না
পবপ্-পবপ্,
ঙাইহাক্কী তুংদা
উবক্লে মমি-শামি
অচৌবা মীযামগী খোঙচৎ অমা।
লাক্লি মীযাম পবেং পবেং
লাউব লাউবদুনা
স্লোগান —
'ঐখোয পূম্বা অমত্তনি
নুংশি চান্নবা হিংমিন্নশি'
কযাদা নুংশিনা চীনখূম মান্নবা
খুল্লি ঙমজবী থাদুনা ।

লাক্লিবা মীয়াম মবক্তা
ঐগী যূমলোন্নবা চাউবসু
যাওবি মমাঙ্ থাবদুনা
মখৌ পোঙ্না লাউবি
স্লোগান —
'ঐখোয় পুন্না অমত্তনি
ইচিন ইনাও ঙাক্লনি।'
লোইবা খম্বা লৈত্রবা
মীয়াম [illegible]
[illegible]
তোঙান তে ঙানা কাউলপ্কী
নাৎকৌ ফীজোল শেত্তুনা
লাক্লি মথং মনাও নাইনা।
স্লোগানদুগী খোন্থাঙদা
কযাদ নুংঙাইবিবা রাখল
কযাদ নুংশিবিবা পৃক্লীং।
মমৈ খোম্ন্রদুনা লাপতক্লা
লাক্লি খবা অমসু
মযেক লানা ইবদুনা
চাউববা ফেট্টুন পাযবদুনা

লাউবি স্লোগান

'নুংশি চান্নবা হিংমিন্নশি

ইচিল ইনাও ঙাক্কনি,'

অসুম অসুম নকশিল্লক্

উবক্লে মযেক শেংনা

ফেষ্টুন পাইবি তোম্বসু,

ঐগী যুমলোন্নবা চাউবগী

পোকমিন্নবা মনাও তোম্বস্

খোঞ্জেল তাবমখৈ লাউবি

স্লোগান —

'নুংশি চান্নবা হিংমিন্নশি

ইচিল ইনাও ঙাক্কনি।'

ও:! ওস্লোকপনি

নংখিদে খাম্বা,

ব্রাবৌখ্রেনে ঐগী থম্মোয

চাউবা-তোম্বা অনীগী

যুমযাঙ্ খাযনা ব্রাংলিবা

থাববা চেকপল নীংশীংলুবদা

মাঙ্খ্রে মিকৃপ্তা পূম্নমক

মাঙ্খ্রেনে ব্রাহন্ত্রোক, ফজববা

স্লোগানদুগী।

খঙহৌদনা পাইশিল্পকপা নোংলৈগী মতৌগুম

মশেল মবাংলবা ঐগী ব্রাখল অতিযাদা

পাইশিল্পকই —

লংলবা ফজববা

হুনা নীক্নীক্ চোল্লবা

সনাগী চফৃ অমা।

১২।৩।২০০৩

# কুমগী নোংলৌ

পাম্মু-পাম্মু থবাথসি
নুংশি-নুংশি থম্মোযসি
কদোমদনো চৎকদবা '
চোল্লম্বা ঈশিং ঈমাযনা
উনা-উনা কংথবকপদা
ঈবোম্লুংগী লেম্লৈ ঙানা
মিহুন চেন্‌গুম চেন্‌গান
লোৎচৈ মশোঙ্‌ উনা-উনা।
তমথীববা মখুৎশিংদুনা
অমথেক, অনীথেক ...
ফাববনি তাপ্‌ তাপ্‌ হূমদুনা,
পেন্দ্রদুনা মসিদসু
ঈশিৎলবনি জম্‌ জম্‌
নুংশি হৈতনা।
হিংখিগনি খঞ্জ'ন ঙা-শিংদি
খৌবাংনা ঙাইবি কুমগী নোং।
অদুবু কদায কুমদমখোল !
মাবজিং, কৌব্রু, কৌনুসু
কাউখ্রববা কুমদম্বা ?

নত্রগা,

শিন্নখ্রববা মখোযনা

রুশ, চীন, আমেবিকাদা ?

খল্লুবতা মঙাযবি —

যৈবক্লে খোন্থাঙ্

ঙংল ঙংলদুনা

জেট্, ফাইটব-এবোপ্লেন,

বোম, টোপ্, নোংমৈগী

কল্লবা অখাক-অবাউখোলনা

চেৎখাযবক্লে নোংমদোন অতিযা,

অবাক-অখঙ্নবদুনা

খাঙ্লি মালেম ইমাসু

থক্ থক্ নীকপমখৈ,

কীন্থবক্লে

মংলম্বা নোংগী মপৈ,

চুথবক্লে কুমগী-নোংনৌ

মাযকৈ সলাই খণ্ডদনা

অতৎঅখম লৈতনা

ঈখেংগী নোং

ঈখেংগী নোং।

২১।৪।২০০৩

## শঙজিনখ্রবা মচুলক্তা

মচুগী ঈথক-ঈপোমদা
শান্নবি মনীংতম্না
তৈশীন-চাইশিন্দুনা —
অঙাঙবা, অশংবা,
হীগোক-না'পু-লোযাম্বা !
মীৎ থকপমথৈ ফজববা
মচু কয়া কযানা
শঙজিল্লি হঞ্জিন-হঞ্জিন্না
শিংলী-নাউবী-লূদা-তাংদা
চুশিলহল্লি ঈ-তোংদা
নুং-পান ফাওনা,
কুক্কৈলকসিদা মচুগী
থিকই মিৎফম হোংনা হোংনা
কদাযদনো লৈবিবা —
থম্মোয লকানুংদগী ঈহৌবকপা
মশেক-মঙালনা ফৃদোংবা
মপা লৈতনা ফজবা
মচুলক্তগীসু হেন্থোইবা
'ওইজবা যাওদ্রবা নুংশিবা'
হে মচু অঙৌবা
হে অঙৌবা।

২১।৫।২০০৩

লৈমবোল খোর্জৈকোল (লৈকোল), ইম্ফালনা ফোংবা শমজিবৈ
(খোমজিনবা শৈবেংগী লাইবিক), ২০১০ দা ফো.দোকখ্রবা।

## প্রলযগী মৈবীলক্তা

ঈশিং-নুংশিৎ হোংলক্লে
লৈপাক-লৈহাওসু ওল্লক্লে
কাযবক্লদুনা অকোযবগী খল,
মাঙ্শিল্লক্লে মীওইবদা
'মীওইবা'।
নমহৎলক্লবদা ভূতকী মহীমযাইনা,
থামাইখ্রবা থব্রাযগুম
ককথৎচদুনা লূবেন যাইওইবা
শিন্নথোক্লি কযাদা হবাওনা
কৈথেল লুকমাযদা যোল্লিবা
চিনি চফু মচাগা,
তঞ্জাগী শগোল-শামুগা।
মীহিঙ-মীনম চেল্লিবা
ফুম্বংনববা থব্রায মাদি
ঈখেং-পিবাং ঈবোযনা
খাঙলি মযা ক্রক্ক্রক্ চীক্লুনা,
লূবেন্ কক্শি কক্ঙমদা
চিনিচফুসু লৌঙমদা

---

লৈমবোল খোর্জেকোল (লৈকোল), ইম্ফালনা ফোংবা শমজিবৈ
(খোমজিনবা শৈবেংগী লাইবিক), ২০১০ দা ফোংদোকখ্রবা।

কৈথেল চীদায অমদা।

মিকুপ খুদিং, খোঙথাং খুদিং

তাযোন্নবকপৈ চৈফৃদা

কুমলোন লাম্না খাঙ্লকপা

নুংবংনবম্বা ব্রাখল মপৈসু

লৌবদুনা শক্তম ঙসিদি

অকনবা যুহাব অমগী

নমখাযবক্লে পল খাঙ্ঙম্বগী,

পোকখাযবক্লে অতৃম্বা মৈগী চীং

মৈব্রাযবক্লে মাযকৈ খৃদিং,

শীনখ্রে মালেম-অতিযাসু

মৈনীগী অঙাঙবা মচুতনা।

তুমখ্রে অহিংবা ভূতকী তেঙ্গোলসু

তিনখ্রে মীকপ-মীবাওখোলসু

প্রলযগী মৈবীলক্লুদা

নোক্লি মোমোন মহাক্লুদি

উবক্লবদা মমী —

যাওলগী অনৌবা যাওল অমা

মালেমগী অনৌবা মশক অমা।

১৭।৬।২০০৩

## মিকপ্

নৈমাযথক্তা তাদুনা
ইশি শিনা তূম্লিব-ও
নহাক্লদি খঙলম্লোই
তূম্লিবনি হাযবা,
মিকপ্ থোক্লকলবদতা
খঙলক্কনিনে নহাক
তুম্লবনি হাযবা।

১৭।৬।২০০৩

# মঙলান অমদা

মঙখিবা

মঙলান অমদা

মীৎচানখি

নঙ-ঐ

হে থম্মোযগী চান্নবী

ঐগীদি মঙলানগী।

মযাই কাববা

নঙগী

মীৎচি ৱাহৈনা

শুমহৎখিবা মিকৃপুদা '

খঙদে,

ৱাখলগী

কবম্বা ঈথিল'মা

ঈহুনখিবনো থম্মোযদা,

মিতাহনখি ঐবু

থেক্লিবা শাথেক জগোযদুদা

শক্লিবা শৈবোল শৈহেক্কুদা

নঙগী কাযাৎ খূদিংনা,

মিহৌহনখি ঐবু

নঙগী থম্মোয় লকানুংদা
লোনথৃপ্পুনা চেল্লিবা
মোং-হাদবা ঈচেলদুনা,
থম্মোযদগী থম্মোযদা
হৌহল্লকপা
ঈথক-ঈপোমদুনা।
তিল্লমখি ঐগী ব্রাখল
নঙগী ঈচেল ঈতিনফমদা
চেস্তবস্মী অমত্তা ওইনা
নঙ-ঐ ঈবোযননা।

মঙলানদুগী লীচিংনা
যৌবক্কে ঙসিদি
মঙলান অমদা
পুন্সি-লংদাই অমদা।
হে মঙলানগী চান্নবী,
লোন্না পোমশাংনবিবী
ঐগী থম্মোয লকাদা
হকখ্রবা নঙগী লাইযেকপু

শান্নবি যেক্রু-যেক্রুদুনা
মখল-মচল ৱাহৈনা।
কক্‌ঙাওনবদুনা অমুকসু
থিবি লৈই থৃদিংদা,
খোৎলিবা খোবি থৃদিংদা
তগুপ তগুপ পাঙলিবা
নঙগী মীৎম্না-ৱাহৈনা
ফোংঙ্লববা থম্মোয় পাউখোংদো ?
ঙাঙ্কানবা চীনবানগী
খোইকুম মোংখোন মীনেংবা
শক্লিববা শৈহেক শুনা
খোঞ্জেল ৱাংমদা থৃপ্লিবা
নুংশি-শৈশক শৈবোলদো ?
ওইবববনে নঙবু
ঐগী মঙলানগী
চান্নবীদো ?

২৮।৬।২০০৩

## হক মুনখ্রবদি

লৈজনীংই ঐদি
পলেম ইমাগী তম্পাক্তা,
হিংজনীংই
পম্বোগী মীৎযেংখাদা,
হাযনা হুম্না লেনজনীংই
ইকুপ-ইপিজাশিংগা নোক্লা নোক্লা।
অদুবু কদায,
নুংশিবিবিবনি হাযদুনা
থম্মিবে ফাজিন পুনশিন্দুনা
ইখোঙ-ইখুৎ ককথৎপি
হক্চাং-কাযাৎ থুগাইবি
অপাম্বা মওংদা শেম্বি-শাবিদুনা
নুমিৎ-থা মশক উদবমখৈ
নীংথিনা শেম-শাববা
নঙগী-বাংলো মনুংদা
লৈতেং ওইনা থম্মিবি
মীযামগী মীৎযেংফমসিদা।
নুংশিববা নচা অতোনবদৈ হেন্না
তৌবিবি ঐবু লুনচান্ন,

ইচিঙ্গাক পীবিবি মতম চানা-চানা
চাউবা হেনখিনি মতাগুম
নোংমগী চবা তম্র তম্রদুনা।
কযাদনো নঙনা ঐবু নুংশিবিবা
নুমিৎ খূদিং অবাক্পা খূদিং
চিংশিনবীবি মীৎযেং ঐঙোনলোমদা
নুংশিনা, যাম্না নুংশিনা
শোকখিনি-নাখিনি মতাগুম
শীৎ-শীৎ শীৎপি-নানবিদুনা
শক্তাকপিবি ঐবু —
'কুমজা কযা শুবক্রে
মসিনা ঐগীদা লৈবকপা,
পাম্মুজৈ-নুংশিজৈ মসিমদি
যাম্না পামজকবনা'।

ও:' ওন্থোকপনি '
ওন্থোকপনি লাইবক ঐগী
নুংহীক্লবিবা থম্মোযসিগী
নাশোন পীক্লবা খোঞ্জেলসে
কনা লৈবিবগে তাবিনবা।

ঐবু নুংশিনা থম্বিনিবা
নহাক্কা খনখিববা নোংমতা
কবিনো ঐগী অপাম্বা ?
পীখ্রববা হক্ অদু ঐঙোন্দা
নীংতম্মা হিংনবা ?
নঙগী অনীংবা অপাম্বনা
নুংশিবনি মহাযবা,
নঙগী নীংবা থুংলগা
ইনীং তপ্রে মহাযবা,
অসিবা নুংশিবৈ ব্রাহন্ত্রোক ?
অসিবা নীংতম্বৈ ব্রাহন্ত্রোক ?
মতমগী ব্রাযেল চুপ্রী পাইবিব-ও
নচীন্দদি মহাযবি
মিকূপ খূদিং পূংজা খূদিং
হিউমেন বাইট্স - হক পীবা
হক কনবা - নীংতম্বা
ডেমোক্রেসি অসিনচিংবা।

ব্রাহন্ত্রোক মাঙখ্রবা
ব্রাহৈ কযাগী মকম থূপ্পা

ঙসি খুনাই'দ হিংলিবা

হে তাইবঙ মীওইবা

লেল্লি কবিগী পাঙদবগুম ফুম্বংননা ?

নৈবিবনি নখোযগীদি

রাখল-লৌশিং,

যেক্লবগা মূক্লনবা পাঙ্গল-শক্তি,

পেনদ্রগা লাউননবা খোঞ্জেল-রাহৈ ,

থৌনা পুথোকতুনা নতীং ফুদোক্লুনা

লাউবো চাউজনথীববশা '

পেনদবগী খোল্লাউ অকনবা

মুনগদবনি হক লৌগদবনি হক

নখোযগী হক,

কবিগী হিংগনি ঐগুম্না

ঐদি উপাল বোনসাইনি

চাউজনথীহনবীববা।

৯।১২।২০০৩

## মতমগী খোঙ্লৈ

থাশিগী অমম্বা অহিংদা
থানিল-থাজবু উনীংদুনা
কবিগী অদুক খোইবাংলিবা ?
লৈখিববা কৈদৌনুংদা
নুমিংনা খোংদোয হল্লকপদা
নোংঙানখিদবা নুমিৎ ?

১২।২।২০০৪

# মশক অমসুং মমি

থম্মোয মিংশেলদা
তাবি মমি
মশক অমগী।
যেংলুবদা নুংফাও মীৎযেংনা
লৈবল্লে থূপ্ল থূপ্লদুনা
মমি পবেং পবেং
তাঙ্কক নাইনা-পন্দূপ খাযনা
মহাও খেন্ননা
তাবিবা মমিদা
মশক অমগী।
খূৎশেম হৈবা মাগী খূৎশেম্না
চনশিনবিবদুনা নীংথীবা উচন
লৈবম্মী মমিখুদিংগী
অবেপ্পা মশক অমমম্
ফাওহল্লদুনা মহাও তোপতোপ্পা,
মশীং থীঙমদ্রবা মশকশিংদুগী
মশীং লাকঙমদ্রবা মমিশিংদুনা
উহল্লিনে শেংনা মযেক
থম্মোয মিংশেলদা
তাবিবা মমি
মশক অমগী।

১০।৪।২০০৪

# অবি-অনৌ

অনৌবনা হংই অবিবদা —
কযাম কুইনা লৈখিনি তাইবঙসিদা ?
মখোক লোযববা অবিবনা
নোকফেৎ তৌনা হাযবকই
শোব মপী অমগা লোযননা —
অবিবনা কেনবদি
মতমগী নোংলৈনা কেনবনি,
অবিবা ঐনা কেনখ্রগা
অনৌবা নঙসু ওইবগনি
ঐগুম্না অবিবা
হযেংগী,
হংলক্কনি নঙোন্দসু অমুক
হযেংগী অনৌবদুনা
নঙগী ঙসিগী ব্রাহং
ঐঙোন্দা হংলিবা,
খুন্নক্কনি মতমদুদা নঙসু
হযেংগী অনৌবদুদা
অবিবা ঐগী ঙসিগী পাউখুম
নঙগী ব্রাহংদা।
অদুগা,
ঐনা পোমশাৎনবমগনি তনৌ-তনৌ
হযেংগী অনৌবা ওইনা।

১৫।৪।২০০৪

## নুংশি-মহাও

মালেমদা খুন্দামিন্নবিবা
মালেমনৈমগী মচা
মীওইবা ঐখোয়গী
জাতি খেন্নে, ধর্ম খেন্নে
খেন্নে শকসু-চুসু-লোলসু।
ব্রাখল খেন্নে, মীৎয়েং খেন্নে
খেন্নে খেন্নে
পূম্নমক খেন্নে।
খেন্নবা কয়াগী মবক্তা
মান্নবিবা হায়ববু
লোনথোক্তবা থম্মোয়গী
নুংশি মহাও খক্তনি।
থম্মোয়-থম্মোয়দগী ঈহৌবকপা
খোইথূম্নববা নুংশি-মহাও
পাথোক্লুনা চেস্থহল্লসি,
য়েন্নদুনা থকমিন্নবসি
লাক্লো ইচিল-ইনাওশা
ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয়
লীপুন চেৎনা পুল্লসি।

২৯।৯।২০০৪

## লীপুন

ধর্মগী থৌবীনা
পুনশ্নবা থৱাযশিংসে
শেংচববসু তোঙানবা ফীজেৎ
ঙাঙজববসু তোঙানবা লোল
ওইজববসু তোঙানবা কুচু,
জাতি-বিজাতি কযাবু
পুনশ্নেনে পুনশ্নে
চেৎলবা লীপুন্না
ধর্মগী থৌবীনা অমত্তা ওইনা।
চোইথোক্কে ৱাখল অমত্তসু
ধর্মগী ৱাংমদা
মীনুংশিগী ৱাংমদা,
অসিবা স্বর্গগী অশেংবা মহাও '
মর্ত্যসিদা লৈবমখিগদ্রা
অতোপ্পা মফম অমা
অসুক ফজবা অসুক নুংঙাইবা
ভক্তবৈষ্ণবশিংগী লান্নফম
শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভুগী পোক্নফম
শ্রীশ্রীনবদ্বীপচন্দ্রনা ঙানথোইবিবা লমদম
শ্রীধাম নবদ্বীপগুম্বা।।

৮।৩।২০০৫

## কাংখোঙসে হল্লব্রা

যেলহৌগৈঙদা

মীনা কিনবম্মই উমংবু-শাবু

হৌজিক্তি

কিজবে উমংনা-শানা

মীদগী ওনবা শা-শিংবু

১১।৬।২০০৫

## মৈবাম্বী

কবিগীদি হাংলুবি মনীংথোঙ্
মমাংথোঙ্দি চেজেৎ লোন,
পাইশিল্লক্লেদো
অঙাওবা নোংলৈ নুংশিৎ
অকনবা শাফূগা লোযননা
নঙগী ইমুং-ফুঙ্গা তম্না।
ৱামৈনুংদা যোকলম্বা
পীক্লবা মৈবীক মচাশিং
চাকখৎলক্লে মৈবী থোক্লা
লাক্ল-ফান ঙমদনা
লৌবদুনা তমথীববা মৈবুনগী মশক
ৱাযবক্লে সনাযূম্বীবেনদা,
চাকথেক্লে, কাথেক্লে
ঙসিদি।
যূম্বীবেনদা শাইদাংলিবা
নঙনদি —
শান্নবি কযাদা হবাওনা
মৈবীগী কুম্মৈলকসিদা
কোযপাই পাইবদুনা

শিব-নাবা কাউবমখে

কযাদা নুংঙাইজবিবা।
ও! ইমুংদুদা লৈবিবা
থব্রাযপানবশিংদুদি
কযাদা ব্রানা খাঙ্‌লিবা
অকিবৈ মশক ফংলবা
মৈবী-মৈশানুংদুদা।

কবি থোক্লে হৌজিক্তি
মিকৃপ খবগী মনুংদা
চাকখ্রে, তুমখ্রে
মাঙখ্রেনে খুদিংমক
মৈচাক্লুদা,
অদুবু,
তাঙোয ওন্‌বা ঙমদনা
লেমহৌবিবা মৈবীক মচাশিংদুনা
লীহৌবিনে ঙসিসু ব্রাবী
মৈবান্বী নঙগী
অদুঙৈগী ব্রাবী।

৫।৮।২০০৫

# মৈত্রবাকসিদা

ইমা নঙগী মৈত্রবাকসিদা
ওইবি ঙসিদি
চাওখৎপগী অহানবা খোঙ্‌থাঙ্‌
মীতৌ তম্বগী হৈনবীনা।
হৈনবী অসিনা
অসুম অসুম
হোংহল্লক্রে হৌনবী কযা
ওইহল্লক্রে মথং মথং
অনৌ অনৌবা চৎনবী কযা।

মৈতৈলৈমা ইমা ও '
যেংউনে নচাশিংসে অমুক্তং
কযা শুবিবগে থীদুনা '
নোংচূপহাবম্‌ পাংবদৈ
হুমগৎলকপা নোংলৈনা
হুমদুনা পুখ্রে ঙম্নমক
কাউখ্রে ইপানাৎ-ইপুনাৎ
মতমগী নোংলৈগা ঈবোযন'
কোযপাই পাইবি নোংথক্তা

মশাবু মশানা খোঙ্গোযনা ।

মৈত্রবাকসিদা নৈবক্রুবদি নচা অশেংব'মত্তা

কৌখিগদ্রনে ইমা নংবু অমুক

মৈতৈপোকপী।

অদুনা, পলেম ও নুংশিবী '

নীজগে নফমদা ঙসিদি

বীজমন্ত্র অমত্তং —

যাওল চাম্মা লাক্রুবসু

হিংদুনা লৈহৌনবা,

পুথাং-পাথাং লান্না লীদুনা থম্বিবয়বা

নাৎকী ফজববা চৎনবোল

নীংথিববা হৌনবোল

মীবোল-মবোল-লান্দুনা

চক কযা কযাদসু

কাউনখিদনবা।

৮।২।২০০৬

## কবিতা

হৈজিং ফাববা

নঙগী ব্রাহৈচবোং অচম্বা

কযাদা খোইখুম্নবিবা

কযাদা নুংঙাইহল্লিবা

নুংপান ফাওনা তু-চুংবমখৈ।

অদুগা

অমুকস্ নঙগী নুংহীক্রবিবা খোঞ্জেলদগী

থকতোবকপা ইনিন্না

কযাদা বাহল্লিবা থম্মোয শোক্রা

অকি-তুজুংহল্লিবা খল্লু খল্লুবগা।

উন্নবা মিকৃপ খৃদিংদা

কযাদা নুংঙাইজবিবা,

তিনজবি ঐগী ব্রাখল

নঙগী ঈচেল ঈবোন্নুংদা

শাজবি জগোয

নঙগী ঈথক-ঈপোমলক্তা

কযাদা পেন্না

কযাদা নুংঙাইনা

তাওথবি ঐগী ব্রাখল

নঙগী অবা-নুংঙাই সুবদা।

শুমহৎযাইবু পুথিবী

অঙকপনি নঙগী হৌনশা!

ৱাহৈগী ৱাংমদা থূপ্লিবা

লাবৈ-লাথূপ কযা কযা

শক্লি নঙদি মোং-হাদ

পূক্লীং হুব শৈহেক্কো।

কবিগী থম্মোয লকানুংদা

থূপ্না নাউপুজখিবা

থম্মোযগী অশেংবা মঙালনা

শাফোঙলকপনি নহাক্তি

কবিগীদি মমোমলোই

কবিতা হো কবিতা।

৩।৭।২০০৮

## লীচিং অমদা

'ওঝাগী নুমিৎ' অমদা
ঐগী ছাত্রশিংনা পীবম্বা লাইনি,
নুমিৎ অদুমক্তদা যাম্না নুংশিনা
থেৎখিবনি ঐনা ফক্লাংদা।
খবব মচেৎ-মচেৎ
মেগাজিন মতৎ-মতৎ
শেৎল-শেৎলগা নপশিন্নদুনা শেম্বা
লাইনি। কোলাজ কৌই হাযবম্বনি।
কুইববগী তুংসিদা
অঙাংশিংদুগী ব্রাহৈ কযা
নৌহৌননা নীংশিংলকই মথং মথং —
'মতৎ-মচেৎ তাইশিন্ন-শমজিন্ন
মপৃং ওইবা ব্রাহন অমগী
মশক উৎলিবা কোলাজ ... '
মীৎফম হোংদনা যেংদুনা লৈখি ঐ
অমুক্তা উখিদ্রিবগুম
যেংলি পৃক্লীং চঙ্না ঙসিতমক
ফক্লাংদা থেৎলিবা লাই।
কবিবু হাযবিবা

কবিবু তাক্লিবা '
থিবম্মী খৌবাংনা ঐগী ব্রাখলনা
মাযকৈ অমদগী মাযকৈ অমদা
লংদাই-লংদাই খুদিংদা ।
তাঙ্গা অসিমক্তদা
ব্রাখল মানা উবকই
ককঙাওননা লৈবম্বা
মতম-ঈশৈনি হাযজবা অমা
নাকল অমদগী কিকপ-কিকপ,
নোকফেৎ-নোকফেৎ
লেপলবে কোলাজ্ মমাংদা।
মতৌ অদু উবদা
মতমগী শৈবেংনি হাযজবা
ফুম্বংনবম্বা অমসু
খৌনা খজিক ফংজবক
হবাও হবাও চোংথোবক
মখূৎ শোক্ল-শোক্লনা
চেজেৎপু কোনশিন্নৈ অনীদু।
ঙাইহাক লৈব মতুংদা
খূবাক চাংজৌ তবালোন্
হাযজবকই কোলাজদা —

হে মকপ অখোইবা '

নঙনা শাফোঙলকপদে

হাপ্লীবে ঐখোযদা অনৌবা ইনোৎ

ফংজবে থৌনা হিংজনবা,

পোকপিবনি ঐখোযবু মতম্না

হিংজগে নঙগী ফিদমদা

ইজ্জৎ লৈনা মালেমদা।

ৱাখল হঞ্জিল্লকপদা

লেপ্তুনা লৈবম্মী ঐ

ফক্লাংগী লাইদা শংত্রিক যেংদুনা,

ইন্নদুনা চৎলুবমাল্লে

ৱাখলগী লীচিং অমদা ।

১৫।৭।২০০৮

## মিতম্

মৈ থাবি
লৈবাক শীনথুংনা
লমজাওদা-সোবোক্তা
নোংম কাংদে
লৈকায-লৈকাযদা,
মৈ থাবি
নঙবু, শাব শাবদুনা নঙগী
মিতম্
ফজ ফজববা ফীজোলনা লৈতেংবীদুনা।
চাকখিদে নঙদি,
নঙগী অঙম্বা নঙগী শক্তি
চাকখিদে অমত্তা চাকখিদে।
চাকখ্রিবদি —
চহী চূপ্পা শেৎপা কোন্নবগদবা
লাইববা চামগী ফীজোলশিংদুনি,
চাকখ্রিবদি —
নঙগা-ঐখোযগা লৈনবম্বা
থম্মোযগী মবীদুনি,
চাকখ্রিবদি —
নোংমদোন অতিযাদা মৈখ্ ওইনা পাইবিবা
থাজবগী যূম্ফমদুনি।

৭।৩।২০০৯

## খঙজদ্রিবা

কৈথেল ফম্বী মৌনহা অমা
ফম্নি যেঙ্গাং-নাপী যোম্লি।
মনাক্তা ফমদুনা শান্নবিবা
মচা অপিশক্ ব্রাবদুনা
নিংঙাই তৌবি —
কুকু থক্কে ইমা কুকু থক্কে ...,
পোৎশিং ফবিগৈ তাঙ্গানি
মমানা থেমজিনৈজ হন্না হন্না,
নিংঙাই হেনজিল্লক্কুনা
মমাগী মফি চীংথোক
মমায উপশিন্দুনা খোম্রাং থক্রি
শোব হোনদবমখৈ।
মচাগী নুংশিববা মতৌদা
তৌফম খঙদ্রবী মমা
ফীজিনা মচাবু কূপশিনবী
মনতিক্লবি যেঙ্গাং-নাপী,
তাঙ্গা অসিমক্তদা
মাযকৈ খঙহৌদবা মক অমনা
যেৎকী চূবাদগী ফাওদৎখ্রে ওইবোমদা

মমা-মৌনহাগী,

লেকথখ্রে, তুথখ্রে তুংগী চেকপলদা

পীক্লিবা মহাক্তি মখোলদুদা কিজদুনা

মমীৎ চেজেৎ উইশিনজ

মমাবু চেৎনা কোনশিনজ

চিংলি খোম্রাং কন্না কন্না অদুম্মক

অশিবা মমাদৈ,

ঙাইহাক্কী তুংদা

লাউনবকই-চেনশিন্নবকই

হায-মা ' শিবমাল্লে ' শিবমাল্লে '

নৌজবিবা মহাক্লা চোংথোবকই

মমাগী মথাদৈ

অশিবা মমাগী মথাদৈ

ফন্ ফন্ চোংদুনা

হাযবকই শুদ্রিবা মবোলনা

'ঐদি শিবিদে-ঐদি শিবিদে'।

১৮।১০।২০০৯

# লানবুংসিদা ঐখোযগী লাইবক

নুমিদাংরাইবমগী লিবিবা মালংনা
কাযদ-কাযদ হুম্নকপদা
চন্দন-ধূপকী নুংশিববা মনম,
মাধবী-মালতী-পারিজাত লৈনম
যেল্লমই মাযকৈ থুংনা।
মবক্কুদা ফমদুনা হকচিক লাংলম্মী ঐ,
তেকখৎলম্মী পৃক্লীং-হকচাং
বাখলদা ফাওবম্মী
হায়ফম খংদবা নুংঙাইবা অমা
মিকৃপ্তুদা যাম্লা হৈনীংনা খন্‌জবম্মী —
'লোইশিল্লগে ঙসিদি থেসিস্কী অকুবা চ্যাপ্টার'।
রাখলগী লীচিংনা পুবম্মী ঐবু বিডিংকম তম্লা,
লৈবম্মী টেবল্‌দা ইবা লোইশিল্লবা
থেসিস্‌কী চেনা
পাদুনা যেংলম্মী হন্না পৃক্লীং চঙ্‌না
বাখলদা লুপশিন্দুনা থরায যাওনা
হৌবম্মী ইবা অনৌবা চ্যাপ্টার।
চেনা অনীশুনা ইদ্রিঙৈ
তাবকখি হৌববা মখোল অমা,
কবিবু ওইবিগবা '

খনবা লোইবা নংখিদে
যুমগী যেংগাইদা হুৎচীল্লকই
মচেক নাইববা মৈ হৌববা
বোম মচেৎ
শাফু কন্না পাইশিল্লক
ঐগী টেবল মথক্তা
তাবকখি ইমাংমক্তদা।
জ্ঞান মাঙলবা মিকুপ্তুদা
লাউখ্রমাল্লে ঐ খোঞ্জেল থোক্লা
চেনশিল্লকই ইমুংহুপ্না
যেংনবকই-হংনবকই
কবিনো ' কদাযনো ' কবম্না '
পাখৎপা হেনমনখিদুনা লাউবম্মী ঐনা —
'হো ইমা ! ঐদি লাইবক ফহৌবে, হিংহৌবে ঙসি' '
ব্রাখল তাবকপদা নীংশীংলকই চেনাশিংদো।
ঙক লৈন-লৈন মীৎফম হোংন যেংখিবদা
লৈবম্মী কাচিন অমদা চোইজাইননা
কাকম কাকন্নবা থেসিস্কী চেনাশিং
পেহৌ-পেহৌ যেংদুনা ঐঙোন্দা
ব্রাহং অমগা লোইননা —
'ঐখোযগী লাইবক্লা কদোমদা?'

১৯।১০।২০০৯

## ঈচেলগী তোবৈদা

অরাংবা পামেলদা শাংচবী

মেলৈ নৈস্নাবু ঙমজবী

ইনখৎলকপগী মপুংফানা ফজববীদুনা

কযাদা মকা লাম্না

হবাও মোমোন নোক্লা নোক্লা

খনজবি মদোম —

পুন্সিগী অঙনবা অযূকসিদা

ঐগী লাইবক্তা তবং-তবংলিবা

নুমিৎকী তনৌববা মঙাল্লক্তা

হিংজগনি ঐদি

অমম্বা মশক খঙদনা

থকচগনি পেন্না পুন্সি-মহাও

খোযথূম্নববা।

কনানদি খঙখিবা '

লাইবক্তা যেকখ্রবা খোবি

নোংদম্বা মাগী,

থাববা নৈচিল ফীজংনা

খনজিনখ্রেনে কোবৌমঙাল '

ওঃ' তনৌবিবী মাদি

অবাক অখঙনবদুনা
ইঙেনগী ফূইনা চুথবকপা নোংহৌগুম
শীন্থবি মীৎলূ পিবাং
থকচানবিবা রাখল মপৈলক্তা
কৃপলকখিবা নোংথাঙ্দা
উবক্লে পুন্সিগী অনৌবা মাযওন্।
পীক্লবা মঙাল-মবীক 'মনা
থম্মোয অতিযা থন্না
অসুম অসুম ঙানথোবক
হাপ্লীবি থৌনাগী অনৌবা ইনোৎ
হোন্থবি পুন্সি হিনাউ
ঈচেলগী তোবৈ তুথেকতা
চেন্থবি নিঙঙাইদনা
শক্ল-শক্লদুনা ঈশৈ —
নোংদম্বা হো নোংদম্বা
নঙনা কবিবু তম্রিবা '
পুন্সিগী কবম্বা মহাওনো
ওইবসনু ওইনিংবা
নোংদম্বা হো নোংদম্বা।
কিববোইনে ঙসিদি
শীংনবগা ঈবোযনা

থৌনা লৈনা হিংগনি

হুমলকসনু নোংলৈসু

তাবকসনু উনখাসু

শীংনবগী মহাওনা

পুন্সিবু ফজহনগনি।

অমুবা লৈচিল মপৈলক্তা

মোমোন্নবী থাজওম

নোক্লা পুন্সি লেনগনি

নোংদম্বা হো নোংদম্বা

নঙনা কবিবু তন্নিবা '

পুন্সিগী কবম্বা মহাওনো

ওইবসনু ওইনিংবা

নোংদম্বা হো নোংদম্বা।।

২৩।১০।২০০৯

## আইন

তমথীববা মীহাৎতা

মী হাৎলুববা

মীহাৎপদো

চেনশীনখি খোঙজেল যাঙনা

থোঙজিন্দু তম্না

থীল্লি থোঙ অদু ঙমজবী থাদুনা

কন্না কন্না

দোং দোং দোং।

কনাগী থোঙজিন্দা ?

কবম্বা থোঙ ?

আইন থুগাইকববা মানা

আইনগী থোঙজিন্দা

চংজফম নীবি

থোঙ থীল্লদুনা।

মফৃৎ মফৃৎ হৃৎলবা

মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইখ্রবা

আইনগী, খুনগৎপা যাবা

মচেৎ খবা চ্যোকশিন্না খুনগৎচবি,

অদুগা আইনগী অহোবা মখূলদা

লীৎথোক-লীৎশিন তৌদুনা
চোংথোক-চোংশিন শান্নবদা
খৃৎলোযববশিংনা
শেন্নি অনৌবা ফজববা
আইন ---
আইন থুগাইবশিংবু
মবাল কোকপীবা
আইনগী মকমদা হিংজনবা
অনৌবা আইন'
অদুবু,
অবোইবা রায়েল পীবিগদৌবিবা
তাইবঙমপু মহাক্তি
নোকনীংলমগনি অদুগা
হায়নীংলমগনি —
কবন্বা অনৌবা আইন অমনা
অবোইবা রায়েল চৈবাক্তগী
কবম্নবু নানথোক্কদৌবিবা।

৭।১১।২০০৯

# ডাবব্রিনগী থিওবী অমসুং খুনু চবুন

অচুম্বগী লমদমনি হায
অবানবা অমত্তা লৈতে
অবানবা অমত্তা থিবা খঙদে
ব্রাফমসিদা মঙলাক্লবি
ঐগী ব্রাখল,
অদুনা, ঐদি ইবাল লৈববৰা '
ব্রাহৈ অমা ফোঙদোক্লুবা
চুম্মী নত্রগা লাল্লী
পলহৈদবা ব্রাহৈনি
লমদমসিদা ঙসি,
চুম্মী হাযবদা যেৎলোমদগী
লাল্লী হাযকববসু ওইবোমদগী
শেৎ-শেৎ চূবাদা
কযাদনো ' কযাদা '
পূম্নমকসি থকচীল্লগা
নিঙ্ঙাইদনা হিংবা ঙম্লকত্রবা
ঐদি ইবাল লৈববৰা '
মতাংসিনা ঙসিদি ঐবু
নৌহৌননা নীংশিংহল্লি —

ডাবব্রিনগী

'থিওবী ওব্ ন্যাচ্‌বেল্ সিলেকশন্।'

ওইবিববা মদুমক '
খঙদে অদুসু, ঐখঙদে,
ইমীৎনদি উবি খুনু চবুন চবুন
পাই পাইদুনা
মথং মথং
পাই পাইদুনা
অসুম অসুম পাইথোকখিবা,
অদুবু নুংহীক্লবি থম্মোযনদি খাঙ্ঙমদ
নুংবংনববা বাখল মপৈলক্তা।
ইখঙ্ খঙ্‌হৌদনা
ফাওবকই পূক্লীংদা অকীবা অমদি
কবিগুম্বদা ঐগী থম্মোযসু পাইথোকখ্রবদি
তূফাং খপ্না লমদম তাম্না '
নত্তে নত্তে, ঙাইখিগনি ঐ
অনৌবা অযূক অমগী সনামশেক্‌লক্তা
অঙৌবা খুনু চবুন চবুন
পাইশিল্লকপা অসুম অসুম,
ফুগাযনা শাৎলকপদা লমদমসিদা
অচুম্বগী ব্রাহন অচুম্বা।

৮।১১।২০০৯

## খল্লুদে নোংমতসু

ঐনা খল্লি

মতম পূম্বদা

ঈশ্বর মানা ইনাক্তা লাক্কুনা

ঐগী অরাবা পূম্বা কোকহনবীবা,

নোংমতদি খল্লুদে

ঐনা কবি তৌবগা

ঈশ্বর মাবু পেলহনগনি, হবাওহনগনি,

খল্লুদে নোংমতসু

পেলহল্লবদি মহাকপু

ঐগী হাযবা রাখল থাদোক্কুনা,

লৈহৌদ্রবদা ঐগী হাযবা অখাকপা অমত্তা

মতমদুদনি ওইগদৌবিবা

পূম্নমক ঐগী

তিল্লবতদা ঐ-মা

ঈপাক অমত্তদা।

২৪।১।২০১০

# ফজবা থম্মোয

পুকচেল তিংনা

ঈচঙ থৌনা

ফজববু ফজৈ হাযবা

থম্মোযগী ফজবা মশকনি।

জেন্‌ডব-ব্রাবদা

মকোক্ থুগাইজববা

মযাই কাববা শামুশিংদুনসু

তৎতনা হাযবি —

নৈতে ফজবদা

খেন্নবগী মফম অমা

মবম অমা।

অদুবু,

ঐদি হংনীংলি ঙসিসু

মখোযদা —

নৈজবব্রা নতীং

ফজববু ফজৈ হাযনবা

ঙমজবব্রা হাযবা নখৌ পোঙ্‌না

ফজবদি ফজবনি।

১০।২।২০১০

# পুন্সি

পুন্সিবু মশক খঙ্‌লকপদা
লৈবদ্রে পুন্সি মাদি
খোঙচৎকী অবোইবা হিদেন
যৌনিং-যৌমাং।
ওইবদ্রে, ওইবদ্রেনে মসিসু
পুন্সিগী শক্লোন অমা।

২৫।২।২০১০

# অমুবা নোং-মতৃম্

থাববা মুববা নোং-মতৃম অমা
উখি নুমিৎতুদা ঐনা,
খনখি পূক্লীংদদি
কদোমদনো পাইবিবা নোং-মতূমসিনা '
খনবা-লোইবা নংখিদে
খংপাই পাইশিল্লকই
ঐগী থোঙ্‌নাও তম্না
অদুগা হুৎচিল্লক্কুনা
চপ্ লেপ্লবে
ঐগী লাইবক মপাদা
ঐগী মীৎমাংমক্তদা।
খোংবা হৌবকই নোং-মতূম
গ্রোংগ্রোং - গ্রোংগ্রোং
অকি-তুজুংলবা খোল্লাউদুনা
থকচানহল্লি ঐবু,
ৱাহৈ অমা অনীদং তপ্না তপ্না হাযজখি
তাখীদে কবিসু নাচুংদে নোং-মতূম
অসুম অসুম হেনজিল্লকই
খ্রাক্ খ্রাক্ - গ্রোংগ্রোং

খাকলকই-খোংলকই ।
ফুম্বংনববা ঐগী থম্মোয
খাঙ্ঙম্বগী পঞ্চে লান
খোইজীখাদা ফুমলম্বা অশাওবশিং অদু
মথং মথং ঐগী চীনবানদগী
পাইথোকখিবা খঙহৌদে
হৃ তৈববা তেনজৈগুম
যুংখ্রমাপ্লে নোং-মতৃমগী থম্মোযদা,
চৈনাদা চেৎখাযবক্কুনা
থাদবকই অখাক-অবাউ মশীং খঙদনা
নোংথাঙ-নোংখোংগা লোযননা
ঐগী কোকতোন্দা-লাইবক্তা
থবাক্তা-হকচাং পৃম্বদা
হৈথবকপা লেন মতৃম-মতৃম্না
হৎতোক্লমী মফৃৎ-মফৃৎ,
অবাক-অখঙ্নববা ঐসু
চৎলে অদুম্মক
কনাদসু কবিসু হাযবা নংলমদ
মফম-মবাং খঙদনা।
হৌজিক্তি ঐহাক নোংমদোন্দা
কোযপাই পাইবি। অদুগা
থম্মোযনুংদদি পুবি অদুম্মক
অমুবা নোং মতৃমগী অকীবদুম্মক ।

৯।৩।২০১০

# মীৎযেং অমা

অপিকপনা চাউখৎলকপা
অনেম্বনা ব্রাংখৎলকপা
চাওখৎলকপগী খূদমনি ।
মালেমগী জাতি খূদিং
খূকক্ থাদুনা তান্নবি লমজেন্,
শোৎথদে ইবমদম মণিপুবসু
খোঙ্লৈ যাঙনা ইন্নবি মতুং
গ্রোং-গ্রোং
যূম-দলান তকখায-থুগাইদুনা
পাকথোক্লি-চাউথোক্লি লম্বী-সোবোক,
মহৈ-মশিংগী লমদসু
হিদান্নবি অমগা-অমগা
পাকথোকহন্নবা লৌশিং-পঙ্খে
হেনগৎলক্লবা লৌশিং-পুক্কে
মবৈবাক লান্নবু চৎনবি ।
শন্দোকখ্রি মৈতৈ-খুনাই' ব্রাবী
তাম্না খুন্দা-নৈতাপ্রবশিংনা
সমুদ্র তবেৎকী ব্রাংমদসু ।
ঙসিগী তাঞ্জা অসিদা

নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লিবা

থম্মোযনুংগী চৈখল-কাখলদা

চেন্থফম খঙদ্রদুনা নুংশি ঈচেলদি

কংশিনজবি মথন্নতা থম্মোযনুংদা

অদুনা মীওইবসু কাউশিল্লক্লি

নুংশিবগী মহাও ।

ওইবিদবা মসিসু চাওখৎলকপগী খৃদম'

২৭।৩।২০১০

## নুংনাংবা

মান্নদুনসু ফীজেৎ-চাকচা
মান্নদুনসু লোল-কুচু,
জাতি-ধর্মনচিংবা
উদেনে মান্নবা-লিংজেলদি
মান্নবা কযাগী মবকসিদা '
খাজিল্লকপদা ৱাখলনা পন
অসুম অসুম
পীকশিল্লক্লিবা থম্মোযগী
খৃববা পীবুকনুংদা
চনখ্রববনে লৈবোন্
মতম পুম্বগী ওইনা।

২৮।৩।২০১০

# অপাম্বদি নঙগীনি

শীঙ্না চাক থোংই
শীঙ্গাযবাক্না মী ফুই,
নোংমৈনা পুস্সি কল্লি
নোংমৈনা মী হাৎলি
খল্লু অপাম্বা অমা
অপাম্বদি নঙগীনি।

১২।৬।২০১০

# ব্রাহং

কম্লনাগী তোর্বানদা ঐ

শাল্লবি ইনীংতম্না

তাইবঙপানগী অথূপ্পা ফজবা মশক

যেং-যেংদুনা

পুন্সিগী অবোনবা খোইথূন্নবা মহাও

থক্-থক্লুনা,

ইখঙ্ খঙ্হৌদনা

কুমলোন কযাগী

ব্রাহং কযাগী

পোৎলূম পুবদুনা

চৎলম্মী ঐগী ব্রাখল

মঙম্ ইশান শান্দনা

তুবোই-ঙাল্লোই

খঙদ্রিবা পস্থুং তম্না,

উবকই মঙালগী লীক্লম্ অমদি

হংলুনবা ব্রাহং কযাদো

চঙনীংলে ঙসিদি ঐসু

ঈবোন্নুংদা, থম্মোযগী

থম্মোযনুংদা, চঙদুনা

হংনীংলে ব্রাহং কযা কযা
ঐনা হংনীংবা।
ব্রাখলগী তোবৈ-তুথেক্তা
চেন্থবি অসুম অসুম
চৎলি অদুম্মক
লেপ্লা নাইদ্রবা খোঙচৎসিদা,
লুন লুথববা ঈবোন্নুংদা
চঙশিল্লি অসুম অসুম
হংনা হংনা ঐগী বাহংগী
পাউখুম, পাউখুম থিনা থিনা
থক্তোবকই ব্রাহং অমদগী ব্রাহং চাম্মা চাম্মা
ব্রাহং চাম্মাদগী পাউখুম চাম্মা চাম্মা।

লোইবা নাইদ্রবা ব্রাহং-পাউখুমগী
অবোইবদা লৈবিববা
শকউদবা কনা
ব্রাহংপূম্বগী পাউখুম ওইবিবা
ব্রাহং অমা ?

১৫।৬।২০১০

## ঈখিল অমনা

লাইবিক অমা ইসিবা
খল্লিবনি পৃক্লীংদা
মমিংনা কবি থোনসিগে
হংনা হংনা খল্লকই
নোংলৈনুংশিৎপু কৌসিবা
নোংলৈতমক হাযসিবা,
নত্তে নত্তে, ইবা হৌদ্রিবনি
খনবতমক খল্লিবনি,
খন্না খন্না —
চঙশিনখি ঐ
ব্রাখলগী লুববা ঈবোন্নুংদা
অসুম অসুম লুথনা
কুমথবম্মী ঐ,
যৌবম্মী সংসাবগী ব্রাংমদা
অতোপ্পা সংসাব অমদা
ঐনা কৈদৌনুং যৌখিদ্রিবা
সংসাব অমা।
নুমিৎ-থা-থব্রানমিচাক
অমত্তসু মশক উখিদে

নিংথৌতুবেলবু কৌববা

লাইবৈপাকপু ওইববা

খঙখিদে, ঐ অমত্তা খঙখিদে,

অসুম অসুম চঙশিল্লী

উবমদে উপাল কবিগুম্বদা

হৈপাল-লৈপাল অমত্তা

লৈচিল মফোলগুম ঙৌববা

লংলবা অঙৌবা মঙাল্‌লক্তা

চুমথাংগী মচু তবেৎ

কুফেৎ-কাফেৎ

হাযফম তৌফম খঙদনা

নীংথিববা কযানা

থন্না লৈবি

মাযকৈ শীনথুংনা,

কদোমদগী মঙালনো

খঙদে অদুসু

মঙালদি মঙালনি

নীংথিববা।

নংখিদে ব্রাখল অমত্তা থনবা,

মথং মথং

অমগী মথং অমা
অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তা
খঙদবগী খঙদবা ঙাক্তা
কযাদ তোম্থনা-পীক্লা
খনজখি ইশাবু ইশানা
খঙজখি ঐগী
লৌশিং-পম্খে।
শীন্থবকই পিবাং মীৎলৃদগী
মতৃম - মতৃম -
ইহাঙ হাঙলবা পুক্নীংনা
কবিবু খল্লুবিবা '
ঐসু খঙহৌদে,
রাখলসু ধ্যান কাযবদুনা
কাখৎলকই ঈবোম্নুংদগী
মোং-হাদনা
হঞ্জিনখি ঐগী রাখল
হঞ্জিন্না ইশাদা।

ও: ঐগী রাখল
ইবগী রাখল

কযাদা নীংঙমলকত্রবা '

খঙলক্লে ঙসি

ইশাবু ইশানা

ইবা যাদ্রি ঐ — খল্লক্রে

শাংলবা খোঙচৎ অমা

ব্রাৎলম্রে চৎকদবা

ব্রাখলগী জগৎতা

সাধনাগী খোঙচৎ অমা।

১৬।৬।২০১০

## লৈকোলদা

নোংমা

মরূপ অমনা

পুবিখি ঐবু খূৎশম্বিদুনা

অখন্নবা লৈকোল অমদা,

চঙশিল্পী থোঙ্গাল তম্না

কানশিল্পী তপ্না তপ্না

লৈকোলদা

চঙ্‌দুনা ফম্‌লুই

লৈবাং কযাগী মবক্তা।

পূক্লীংদা ফাওবকখি মিকৃপ্তুদা

নুংঙাইববা রাখলগী ঈফূৎ অমা

শাৎনীংখি ঐসু

লৈকোলদুদা লৈবাং ওইনা।

লৈবম্মী-শাৎলম্মী

নীংথিববা লৈবাং কযা

মান্নদবা মচুগী লৈখল শুনা

শাৎলম্মী অচৌবা - অপিকপা

অনেম্বা - অৱাংবা

অবিবা - অনৌবা

লৈবাং-লৈপাল মখল-মথেল,
যাওবমদে লৈনম চেন্দবা
অচম্বা লৈবাং অমত্তসু,
শাৎলগে খল্লকই ঐসু
নোংমদি শোযদনা
লৈকোলসিদা।
ঐগী মাযথোংদা তাবিবা
ব্রাখলগী মমি পাকবগা
হাযবকই মকপ্পা হবাউনা —
শাৎমিন্নবসি মকপ লৈকোলসিদা
হৌমিন্নবসি লমদমসিগী লৈহাওদা
শন্দোকখ্রসনু মালেমগী ঈশিং-নুংশিৎতা
খোইথূম্নববা নুংশি-লৈনম
লৈকোলসিগী।

কযাদা ফজবমখ্রবা লৈকোলসে।

১৮।৬।২০১০

## চোইবোল

মখোয পুম্নমক ইবি
ইবি - ইবি ...
অসুম-অসুম ইবি
শৈবেং ইবি।
মখোযপূম্বদি কবি নত্তে,
কবি নত্তে
অদুবু কবিদি ওইবি।

ওঝা ওইবিবা পূম্নমক্লা
লাইবিক তাকলি -
তাক্লি - তাক্লি ...
অসুম - অসুম তাক্লি
লাইবিক তাক্লিবা মখোযপূম্বদি
ওঝা নত্তে, ওঝা নত্তে
অদুবু ওঝাদি ওইবি।

১৮।৬।২০১০

## লাইববা ৱাখল

পুন্সিবু চৈবি
লাইববনা মবেক-মহাও থোক্লবা
নৃপা অমনা,
তাইনবি ঈনাকখুনবশিংদা
মচীন পেন্না চৈ-চৈদুনা,
তাইনবি শূমাং মতোন্দা হৌবা
মনা পুঙলবা হৈনৌ পাম্বীদুদা,
তাইনবি মবাল লৈত্রবা
মাঙ্গোলগী দাবী অকাযবদুদা
লাইববগীদমক।
অমুকসু তাইনবক্লি
লাইববগী লানথেংদা
মপূম্ থীৎপমখৈ ৱাজববী
মাগী নৃপীদা,
কবিসু খঙজদ্রিবা মচা অপিশক্তুদা।
চৈবি তাইনবি পুন্সিবু
হঞ্জিন-হঞ্জিন, লাউ-খোংদুনা
অৱা-চৈথেং কযাগী
চৈনা খৃদিংমক্কী,

খৃদিংমক্কী তাইনবি পুন্সিবু।

পূম্নমকসি তাবগা পুন্সিনা নোকই

অদুগা হায —

হে তাইবঙ মী অপঙবা!

কবিগী শাউবি? কবিগী তাইনবি?

নঙনা ব্রাবগা ঐসু ব্রাবনি

নঙনা নুংঙাইবগা ঐসু যাওবনি

ঐগী অব্রা-নুংঙাই খৃদিংসু

নঙনা শেম্বীবনি

নঙগী তৌজমলনি

পুন্সি-ঐদি কনাদনো তাইনগদবা।

১৮।৬।২০১০

## অমম্বগী মৈঙালদা

অতিযাদা ঙাল্লিবা নুমিৎ-থাগী
তগুপ-তবেং লংলিবা থৱানমিচাক্কী
লেঙদ্রবা ফজবসে মতমপূম্বগী
উবা ঙমজদ্রবা
তাইবঙমী নহাকসে
নমীৎ তাঙলবনি — তাঙলবা
ইলেকট্রিক্কী মৈঙালদা ককঙাওনবিঙে।

৩০।১১।২০১০

# হেনথোইবীগী লৃহুপ

অথোই-অহেন তান্নবদা লৈশক-লৈনম
মনা লৌম্ব্রে তিংখংলৈনা কুমশি-কুমগী
উপম্ব্রে লৃহুপ তিংখংলৈনা হেনথোইবীগী।
পাউ অসি লাউথোবকপা মিকৃপ্তা
নীংবা কাযরদুনা
রাম্থ্রে শম্বৈ্ন
হাযথম্ব্রে মনাবৈ,
ইস করি মঙৈনো '
তিল্লম্নিবা ভাবোকশিংদি
তঙক্-তঙক যেংনবি অমনা-অমদা।
অমবোমদা
কবিসু নাচুংদনা
থাবল্লৈ-কেতুকী
থম্বাল-গুলাপনচিংবদি
নিঙ্ঙাইদনা যেম্ন্বি
খোইথৃম্নববা লৈনম
মোমোন নোক্লা নোক্লা
মালেম শীন্না লেপ্লা লৈতনা॥

২১।১১।২০১০

## অচুম্বা

তাইবঙ্না মাযকৈ অমদা

পুন্না লেপখ্রবসু

লৈহৌগনি নঙদি লেঙদনা

নথন্নতা

মতম পূম্বগী ওইনা।

৩০।১১।২০১০

# শান্তি

মৈবা চমদুনা মফম কৈদা থিবি
শান্তি ?
ফীগাও শাদুনা কনাগী মফমদা নীবি
শান্তি ?
মৈবা চমদুনা থিববসু ফংলোই কৈদা
শান্তি,
হাপ্লক্লোই কনানসু নঙগী ফীগাওদা
শান্তি।
শাকাযহল্লু থম্মোয লকা ফন্না
শেগাযদুনা কুবাংবান
ওইদবৈ-মীনম্বৈ
যোমশিন-পুনশিন্দুনা থম্রিবা
অশেংবা মঙাল
নঙগী নঙগী থম্মোযদা।
ঙালহল্লু তাইবঙ্ ফাওনা
হাংদোক্কুনা থম্মোযগী থম্মোয,
শেংলবা মঙালগী লীক্লমদা
অচুম্বগা ঈবোযনা
চেম্লবক্কনি লূববা শান্তি-লাইজ-ঈচেল।

৩০।১১।২০১০

# শতাব্দীগী থোঙজিন্দা

মতম অমগী গোল্ড্ মেডালিষ্টনি ঐ,
ঙসিদি ইশুশিংনা পীবিবে
অনৌবা মিংথোল — 'ইলিটবেট'।
ফন কন্নদি হোৎনবিবনি ঐ
শোম্ববক্রবা ইখূৎসিনা থোঙ্ অদু হাংননবা
শিথবক্রবা ইখোঙসিনা থোঙজিন অদু কানশিন্নবা
পঙশিল্লক্রবা ইকোকসিনা খল্লিবনি তৎতনা
অমুক্তং কানশিন্দুনা চঙবা ঙম্রবদি থোঙজিন্দু
ঙবাংতগী অঙাং মখোযদি
মিকূপ কাংদ' চঙ্লিদো
ইবায লাযনা কানশিন্দুনা থোঙজিন
খূকক থাদুনা তান্নবি লমজেল অমগা-অমগা ।
মখোয মশেল শান্নবিবা
ৱাবী-ৱাতায-ৱাহৈ-ৱাতা
তাকবগা হেন্না হেন্না
ফকচিল্লকই ৱাখল,
খবমখৈদি খঙলবসু
লীশাং শীংৎনা তাকববদি
কোক ঙাওবকই-থৌনা হল্লকই,
খ্বাইদৈ ফবা ছাত্রনি খন'

মতম অমদা পোঙজবম্বা ঐহাক।

ঙসিদি উৎলক্লি মতমনা —

নোংচূপ চীংযা তম্লকপা

তাবমদাই নুমিৎকী মশেক্লা

মমি শাম্লক্লবদা

হুমদোবক্লিবা লংলবা থরানমিচাক্

পবেং পবেং

লমজেল তান্ন-তান্ননা

মথং মথং

নোংপোক অভিযা থনা।

মহৌশাগী লেঙদ্রবা ফজবসিদা

উবক্লে মযেক লানা ইশাবু ইশানা,

লৈবি হামচৎ-হামপোইনববা

ঐগুম্বা কযা কযাসু চঙক্লনা

কোক্তা খূৎ হাপ্তুনা

লেপ্লি চঙবা ঙমদনা

শতাব্দীগী থোঙজিন্দা,

ও গ্রেট আই.টি. ' নঙগা শকখঙনহৌদবনা

১২।১২।২০১০

## ভক্তিলৈবাং

লৈখল শুনা লাঙলদুনা হাপ্লদুনা হৈখল
চৎলি নঙগী ভক্তশিংনা শেংলবা লাইফমদা
অপাম্বা অনীংবা খুদিং নীজবি নফমদা
পুনেমজবি মকোক্ নোম্না থৌনিজবি মঙ্গল।
কৎচদুনা মৈবা থাউমৈ তৌজৈ নঙগী থৌগল
শকচৈ-শোঞ্জে নঙগী মীংখৈ নতীক-নযাই শৈথা
নুংঙাই-যাইফ-মীংচৎ-লনবু লাইনীং-পম্লুং শীংথা
পাঙজবিনে ঈবাৎ-থৌনি লূপ্পা পূক্লীং-ব্রাখল।

কোকপা নাইদ্রবা ঈখৌগী, ঈখৌনি তাইবঙদি
থকচীনবিবো ঈখৌপূম্বা কাউহনবিযু ‘ঐ’-বু
মাঙহনবিবো নাপলপূম্বা তাইবঙ-থম্মোযনুংগী।
ঈপাক ও মপান নাইদ্রবা, হে তাইবঙগী মপু '
ভক্তিলৈবাং নত্তনদি লৈজদে ঐগীদি
লৈজ’পূম্বা নঙগীনিনে হৈসু-লৈসু-ঐসু।

৭।২।২০১০

